## আহোঙ্গ খঙ্গলকপ

হিন্দু ধর্ম্মগী ধর্ম্ম শাস্ত্র ওইনরিবা মহাভারতকী অধ্যায় ১৮ গী মনুংদা য়াওরিবা শান্তিপর্ব্বগা হেক থংনবা অশ্বমেধ পর্ব্ব হায়রিবা মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা অপ্‌শমেধ পুয়া হায়নরম্মী। লাইরিক অসি মহাভারতকী কুরুক্ষেত্রদা মচিন্মনাও চাম্ম মতাগী মপুং ওইখিবা ভারত মহাযুদ্ধদা মচিন মনাও মপা মচা পরিবারমচিংবা কয়া শিখি.হাৎখিবগী পাপ অদু কোক্লবা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌদুনা পাণ্ডবনা চহি ১২ বন্দা চৎপগী.মপুং অদুদা থোক-খিবা বারীনি। মসি খৃঃ গী শতাব্দী ১৮না মপুং ফাগ্রগা ১৯ হৌগৎ-লকপা মতম অদুরাইদা বাঙ্গালা পয়ারদা ইরম্বা ষষ্ঠিবর সেনগী মচা গঙ্গাদাস সেন্না ইরম্বা পয়ারদগী শ্রীযুক্ত মৈদিংঙু মধুচন্দ্র (ভমলেন খোম্বা) মহারাজগী সনা হাজরক খৃঃ ১৮০২ কী হিয়াঙৈ ১৩ নি পানবা নিংথৌকাবদা ইবা হৌখি। পণ্ডিত লোংজম পরশুরামদা হায়দুনা ইথোক্লম্মনি। ইনিংথৌ অসি মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রগী মৈতৈ লৈমা খয়োয়-য়োল মেতু লোইখোম্বী রায়রং লমনেৎপীনা পোকপনি। ময়াম্বুং লাবন্যচন্দ্রনা লৈখিত্রবা তুংদা মৈতৈ লৈবাকী রাজসিংহাসন্দা লৈতেং-বিরম্মী। ইনিংথৌসিগী সনা হাক্তক্তা অহল মতম ওইরক্লবা পণ্ডিত লোংজম পরশুরামা অতৈ অতৈ মহাভারতকী, গীতাগী বাঙ্গালা লোন্দা লৈবশিংদি মৈতৈলোন্দা হন্দোকলে। অশ্বমেধ যজ্ঞ অসিমত্তংগা হন্দোক্লমবদি মুংতাইপ্রগনি তায়না থল্লুবদগী মাগী সেবক চিয়োমচা অভিমন্যু, রাই-রোকপা গঙ্গাচরন, ওইনাম নবশ্যাম অহন্না ওজাগী ম পুক্লিংদা নিঙলিবদু পাঙথোক্লবা কয়া হোৎনদুনা মতম অদুগী বাঙ্গালা লোন নিঙথিনা থজলবা শ্রীথোকচোম ঘনশ্যামদা ওজানা হায়জরকপনি হায়দুনা মৈতৈ-লোন্দা হন্দোকহল্লি। মতাং অসিদা সেবক অহমম্ব শৈরেংগী শৈহেক শৈদা শেমদা মতেং পাংখি। পণ্ডিত মরি অসিনা শৈরেং শেম্বা মতমদা পণ্ডিত পরশুরামগী মচা চন্দ্রশ্য:মগা কোঞ্জেংবা দয়ারামগা অনিনা কলম পায়দুনা পুম্বা অসি ইখি। অসিগুম্বা ধর্ম্মশাস্ত্র ওইবা লাইরিক অসি

ইবদা পণ্ডিত মুঙ্গাংবম গোবিন্দরামনী সেবক বাংথৈ মুকুন্দরাম, মৈয়েংবা বৃন্দাবন, বাহেংবা মাধবরামনচিংবা ওজাশিং ভাম্বিবগী রা পল্লি।

অসিগুম্বা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা শাস্ত্রিয় ওইবা লাইরিকশু মৈতৈগী সাহিত্যগী পুকৈন্দা মচল অমা ওইনা খেংথিন্‌বদগী হোংনজরুবা অসি মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী সেক্রেটরী অমদি বোর্ডকী মেম্বরশিংনা লাইরিকী তেংবাং শিন্নবিবদগী পাওখোকপা ঙমজখিবনি। মাসিগীদমক কল্চরেল সেক্রেটরী অদুগা মেম্বরশিং অমদি গীতা প্রেসকী মেনেজরনচিংবা মার্কর ইচিল-ইনাওশিংনা অরা-মনা কয়া তুংওইনবা থবক ওইনমবা হোৎনখিবসিদা পুন্সিগী লম্মন তোনশিন্জে।

থোইদোকপা অমনা লাইরিকী মসুংদা আকার একারনচিংবা অয়াল-অহুই কয়া য়াওরম্ব থোক্লবস্থ মতুংগী খুৎনমদা শেমজগনি মাঙুগী-দমক ময়াম্না রারৌবিদনবা খুরুমজৈ।

হঞ্চরিবা—
ভোগেশ্বর

মৈতৈরোন অরিবগী

# অশ্বমেধ পুয়া

## অহৈশেনবগী ৱাহন্নোল

নমঃ নমঃ হরি হয়াহে, শ্রীগুরু খোইখোইবা। সনা খুম্নারেন, থরায় শুম্ন পোনচেং-লাং ওনখোকপা, লৌশিং উপূ তূঙ্নরৈ মুং-ওন্বা, নিঙ্জ খূৎপায় লেঙ্দকম্ অচেৎপা, প্রেম খোঙহো ফম্বিরেন অথ্প্না, পাদ-পদ্ম অনিমাবু তাঙ্জা লুদ-খোং, চৈরৈ ঙঙ্দা-য়েৎ, ইয়া নাপি-চীক, লুবাই শমদোং-কোয়্, খুৎকাং চাংজো চেপ্না লোন, মালেম লয়্দা তুবা চৈশূগুম, হকশাং লয়্দা পকনা অস্নম পুরুম্নবগা গোলুক বৃন্দাবন মুংঙাইবদা. [1]ফম্বি য়িমওইনবা যুগলব্রহ্ম চঙ্খোন্বা, [2]থমোই লোক্লুং ঙাম্ন-য়াই, কল্পতরু ছায়া চিংনায়েংনা, পূকনিং হকশাং য়াথং শুংজিম্নন, শোর হোন্দোক হোজিল খুদিংবু, ইরাৎ পূনেম লোয়্ননা থোগল তেংথাজরক্য়ে। খোইমোম ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর খোইখোইবা অহুমমানাচিংলিবা বৈকুণ্ঠ কোয়্নৌ নোংমদোনগী দেবসর্ব্ব লেংনা তিনবা পুন্নমাবুস্নং পুরুমগে। য়োইবু লক্ষ্মী লাই-রৈমাবুস্নং পুরুমগে। নারদ মহামুনিরেম্নচিংলিবা ঋষি লেংনা তিনবা থৈবিকপুস্নং পুরুমগে। বিম্নি য়েথাই চঙ্লবা থৈবিকপু ঙাক্পিস্নলো হায়্বগী য়োইবু গৌড়ি লাইরৈমা সনা লিন্কোইগী গনেশ [3]লাজোই তাঙ্জা হেনবা গজানন্ লাইম্নিংথৌবুস্নং পুরুমগে। মহাভক্ত

---

১। লাইনিঙকম ওইনবা। ২। পূক্নিংগী অমম্বু ঙাশহনবিবা মবুংঙো।
৩। শামু মকোক ওইনা পূক্নিং তম্নৎনবগী মশক ওইনা পাম্নবা।

অখোইবনচিংনা গুরু বৈষ্ণব পণ্ডিত সভা লেংনা তিনবা পুন্নমাবুন্নং উন্‌বি পুরিং চেৎনা হন্না হন্না পুরুম্‌জরক্কে।

অন্নুম পুরুম্নবগা পুন্থ বারম অখোইবদগী সমুত্র ম্নিরেনপুংবু ওইরিবা মহাভারত অচৌবদগী চন্দ্রবংশ শাগ্নেরেন্দা পোক্লবা রাজা পরীক্ষিৎ নিংথৌ মপারী অভিমন্যু মনোংরাই জন্মেজয় নিংথৌ অখোইবগী শমু মহকশাংদা [১]বৃহ্মুনি [২]শাইচেল লাইথুং পোৎলুম পুরবদা মহামুনি মখোজান জৈমুনি মরনকু অখোইবনা নিংথৌ সনা মহক-শাংগী ব্যাধি লাইথুং কোক্র-বা মযু ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেমচিংনা শানৌ মচিন মনাউ মণামা সতি দ্রৌপদি অচুম্বিগা মাখোয় তরুকমাবু পুকনিং হিংসা তৌনা [৩]শাগৈ [illegible] দুর্য্যোধন নিংথৌরেম চিংনা শানৌ মচিন মনাউ চাম্নমাবু প্রাণ থরাই মাঙ্‌না বংশ [illegible] মহাপাপ কোক্রবা [illegible] শগোল থাবগী অশ্বমেধ যজ্ঞ হায়বদ কৌরা শান্তিপর্ব্ব মথংগী অশ্বমেধ বারী মুংঙাইবা অনিবু মাথং মরেং শীন্না লয়া লাউনা তেংথারকে। তৌইঙম বারী মুংঙাইবা অনিবু নৌরব মতৌ করম তৌনা শৈশেখয়ো হায়রবদি লাইরেন মৈদিংঙু শ্রীশ্রীযুৎ জয়সিংহ মহারাজ লোই-নাই কৌবা চৈংথংখোম্বা ধর্ম্মাত্মা নোংথৌরেনগী লিক্লাই মপান্না পলেম মমা [৩]থম্নোইরোন মেতু লোইখোম্বী য়ায়রং লম্নং লেম্নবি সনা লিনকোইগী লাইরেন মৈদিংঙু [৪]শ্রীশ্রীযুৎ পরজিৎ সিংহ নোংথৌরেন শেনবি তথলেন খোম্বনা ম্নোইবু মশানৌ [৫]থম্নোই-রোল য়াংলৈঙম্বিগা পোক্লরে সনা পুংবা [৬]মথাই [illegible] তেংনা পান্নবিগী মথাইরেম্ লোইয়ম লোংথাম পাচা লুন্নোং মাথং [illegible] হংইবু লোংনা থারা শিংনাং অত্তোনবা মনা ঐমাসাংগী হাইশকবা [৭]লমহেক ঙোমতুক লম্বুন পাংচাউ লাইমাক্তোন [illegible]

১। [illegible] ২। শাগৈ [illegible] ৩। [illegible] নাইই ওইবী তাংবদু চহু। ৪। মহুক। ৫। পুরুন পুরাই [illegible] ৬। নিংথৌ ওইহল্লা। ৭। কৈশাম্বুগোং [illegible] মহংনবা [illegible]

খোইমোম লাইবু নিঙবশিংগী হৈনা মতুং ইন্জরকপা ঙাঙোই কৌবা মপু নিংথৌশু শ্রীঘনশ্যাম খোকচোমচা লৌশিং নত্তরকপা নঙদি মহাভারত অথোইববু পুক্নিং লাংপামজবগী সাধু খোইমোম লাইবু নিঙবা শাস্ত্র লাইরিক হৈবা বেদ ধর্ম্ম অথোইবদা সমুদ্র য়িরেন-পুংগুম্বশিংগী খুয়া লৈখোংথাবু ভক্তি পুকনিং চৈরোয়ননা শিন্দমজরিবনে। ভারত বারী মুংঙাইবা অসিবু পাঙল্ লোন্দৈবদগী পোইরৈ মৈতৈলোন্দা হন্দোকপি-ও। ভুবি চৌংখোং থৌদাইলেম নোংবাল কায়্নৌরক্লগী লোইয়ম নোংয়াই নাহা শ্রীঅভিরাম মাইবমচা নঙ্গা ঙাঙোই কৌবা মপুনিংথৌশু শ্রীমদন হিদামচাগা নোংবাল অঙৌবচা শ্রীহরিচরন খাংলেনবগা নংখোয় অহুমমাদি পোইরৈ তেংথা লিওংথন্ শৈওং মাতৈ থিনা শৈশেমবি-ও। পনথৌ নোংবাল মপারী শ্রীচন্দ্র-শ্যাম লাংচেং নথোক্লকপা নঙ্গা থাঙয়ি মচেঙ্ চঙ্ববু তেংথানবা-চা শ্রীদয়ারাম কোঞ্জেংবা লৌশিং নতম্রকপা নঙ্গা নবিঙাদি কোংয়াং রায়ি খেৎনা [১]মুকমৈ নারিন শোন-ও। পন্থৌ কোলোয় ময়াথং অসিবু রারম হেপখোকফরয়োইয়ে হায়না পাউমেনববু নাতারবদা হোই নারা ঐথোয়বু পায়মা লৌশিং তাম্বা উনবি লৈখল লমা মকোই পুকথোং হাঙ্বা মশেননে। তোইগুম পন্থৌ কোলোয় মায়াথং য়াথং মুংশি চৈরোয়ননা পাউমেল্লকপা অসিনা রাকয়ে হিগা ওই, ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেনগী থৌজাল য়িরেনপুঙগুম্বনা হিরু তেং-মাইলেপ মুংবাল মুঙ্গাংপমচা কবিসিদ্ধ মকোই পাউনিং শিংবগা সেবোক মপারী লৌশিং মপাউতাক্তগী হাক্তক রারী কাউদনা শিন্দোক্লম্বা মুকুন্দরাম বাংখৈনাউদা লেম্বচাগা কোয়ৌ নোংজা খুদিংবু মুকমৈ নারিল শোয়া শিন্দম্বিবা শ্রীবৃন্দাবন ময়েংবমচাগা শ্রীমাধবরাম রাহেংবগা গুরু লাইওইনবা মরিমাগী থৌজাল ময়লকুনা তোংচেং হিনাউশানা য়োইবু সরস্বতী অচুম্বিনা খুমু নৌগা ওইনা ভারত বারী মুংঙাইবা অসিবু লেপ্পা শৈশেম মতোল লোম্ববু থৌজাল

১। লাইরিক ওইনা ইথোকও।

লানগোনবিশুনো হায়না পাউমেয়রবগা মালেম লৈমরেল শিদবী সনা লিনকোইগী চীংরাংলকী পুরৈরোম্বা সনা ঈদা কাকবা নোংবাল অঙোবা হংথৈ লোংনা থাবা কোরৌ নোংনিংথৌশূদি সেবক মপারী লেংনা তিমবশিংঅা উনবি লিতিমনা য়াথং পাউমেয়ববু নাতারবদা পূকনিং হয়াউ থোইনা প্রদীপ থাউমৈ মৈয়াথান, তরা চেঙমচং, লোইবি কোয়রেং হাওথোইদিং শিংলেন চন্দণ লৈসুংশিগা পানা লায়াৎ-তোয় থা শুংদাই-থায় হয়রাং মথোন তৈনা মশানৌ পলেম পিথাং শিনগুম্বী শ্রীকুঞ্জবতি য়েল্লাংবিগা উনবি পূকনিং লেপ্পা ঊড়াৎ পুরুমজরবদা মহাভারত অথোইববু শোক কুমশিং য়াচুম শূবা চহি ১৭২৪ শুগকপা লোইদাম তিয়াঙ্গে থাগী মাকমৈ ১৩ নি পানবা কোয়রৌ সুমিৎ নিংথৌকাবদা য়াথং মরেং শীয়া তেংথা শৈহৌজরকয়ে।

লৌশিং পোনমিৎ লন্বগী কিরি থোইচিন য়াম্না বাকনা থোইরা শয়বস্থং [1]শমু পাংশোই নীকপা [2]খুকলু হংমা তোমবনা [3]থোঙদেন পান্পাই লানবগুম [4]চেংলৌ মঙম শোয়বা, [5]মিৎয়েং উয়োন থীবন তোংচেং হিনাউ কৈতবগী লয়কূ থমথেং য়ায়া লয়য়াই চূপথয় হক-পগুম্ববু লৈওং নাতৈ থঙদনা তেংথজয়কপা অসিবুদো সভা লেংনা তিনয়া মহাভক্ত অথোইবা নঙথোয়দি ভাওজা নবৈতোন্দা হরি হরি শোয়া তাবিয়ো॥

---

১। লেয়র্দা হৰ্কচাং নীরবা। ২। থোঙ্গী খুকউমা কিবম চুয়া লেপওমরবা (শক য়াওরবা)। ৩। পাবৈ য়াওবা থোং লানিথঙ্গ ৪। মিৎয়েং চুবা ওমরবা। ৫। অচুবা অশেংবা ওইমা য়েংবওমরবা মিৎয়েং।

# অশ্বমেধ যজ্ঞ।

## অহানবা অধ্যায়।

লহাননোং হয়িঙৈদা ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেনগী মনোংয়াই পরীক্ষীৎ নিংথৌ মপারী জন্মেজয় নিংথৌরেম্না কোয়ৌ মুখিৎ অমদা পূকনিং হরাউ থোইনা জয় মহামুনিরেন্দা য়াথং ভক্তি তৌনা পাউহংখিয়ে। ইয়ু ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথৌরেননচিংনা শানৌ মচিল মনাও মঙামাবু ঙাইরোইননঃ লাঙ্গোট শগোল থানা যজ্ঞ মণ্ডম অথোইববু তৌরকপা মাঙগী বারী অয়াম্বা থৌরম মতৌ ওন্থোকপা পুম্নমাবু হে মুনি অথোইবা নঙনা নিংথৌ ইমাং শংশংবা অসিদা বারম মরেং শাম্না হায়বি-ও হায়না পাউমেল্লবদা জয় মহামুনিরেম্না রাহন্নকয়ে। হে রাজা নিংথৌরেন-ও! অশ্বমেধ অথোইববু যজ্ঞ মণ্ডম তৌবগী পুণ্য মরম পুম্নমাবু বারম মরেং শীন্না পাউমেল্লক্কে। উনবি পূকনিং ভপ্না নাতাউ-ও!

লহাননোং হয়িঙৈদা নয়োন গঙ্গাসতী অচুম্বি পায়বা উনকোইমুংগী ভীষ্ম পানগল মপা ভাম্বদি পুনশি চেঙজেল লোয়্নবগী অরাং কোয়ৌ নোঙ্গাখিরবদা ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেম্নচিংনা শানৌ মচিল মনাও মঙা-মাদো মুংশি মতৌ কম্বু লৈতনা কমকম্নিঙৈগী সময় মতম অদুদা ব্যাস মুনি অথোইবমুং ধর্ম্ম নিংথৌরেনগী রাজসভা মাঙদা লাক্লববু মুনি চেংলৌ শকউনরবগী পূকনিং ভক্তি তৌনা চোয়নৌ 'সনা কান-দেংথক্তা কম্ফমবল্লবগা ভরা চেঙ মচং, লোইবি কোয়রেং হাওথোইদিং শিংলেন চন্দন লৈমুংশিগা কৎনা ঈড়াৎ পুরুমজরবদা ব্যাস মুনি অথোইবনা ভক্তি পূকনিং অরাবরু উনা অনৌবা রাহন্নকয়ে।

হে রাজা নিংথৌরেন-ও। নঙবু মুংশি পূকনিং অরাবা করম্ববু লৈরবগী চেংলৌ নশক-ওন মায়থোং মরেং ভানা লৈরিবনো। হায়না

১। সনাগী সিংহাসন থক্তা।

পাউহংববু হোয়দা হে মহামুনিরেন-ও। মাঙগী থৌরম অয়াম্বা থৈবিক্তো বারম করিগুম্ববু হায়হৌরুসিবনো? তাইবং মোংশাপান অ'সদা পানগল ময়াই কাবনা লৈবাক খুৎথুম চন্না রাজা নিংথৌ ওইনিঙবগী লৌশিং রাখল রাৎপনা বংশ শাগে পুন্নমাবু প্রাণ থরাই হাৎপগী পাপ লাইজা ইরেনপুংগুম্বন্নং মুংশি মৈচাক থোইরে। রাখল মতৌ লৈতনা শাগে থরাই হাৎপগী পাপি লিনচেন কত্তবা ঐগুম্ববু সংসার পুন্নমা অসিদা অনিগুনা লৈরিরোই। বারম মতৌ অমন্নং পন্থৌ শাৎমাবা পলেম পোকমাবিগা অনিমাবু মুংশি পুকনিং তৎনা য়াঙ্গোইরবদা ইয়ু ভীষ্ম পানগনবা অসিনা চিঙ্গাক অহাউ-থি তরা মচাক থাক্লা নাউথোকপিরকয়ে। কোয়ৌ নোংজা খুদিংবু পন্থৌ লেপলৌ শিন্না নাউয়োকপিরম্বা ইয়ু ভীষ্ম পানগনবা অসিনা গুণ মতিক অথোইববু উনবি নিঙশিংলুবদা থমোই মৈচাক থোইরে। ইশাবি কর্ণ পানগল মপা তাম্বনন্নং মপারী লানগোন তমগুম নাউয়োক্লময়ে। লানকম শোক্ল খুদিংদা নমু কনাগুম্বনা লানশোক মমাঙ থাঙগুমদে। পানগল মতিক হায়ঙমদবা অসিগুম্বশিংবু লৌশিং রাখল লৈতনা প্রাণ থরাই মাঙহনলে। লানকম খুৎশু অমাম্বা শাস্ত্র লাইরিক পুন্নথাবু থৌজাল পুকনিং থুংনা শিন্দখিবা কৌরব পাণ্ডু অনিমাগী গুরু তম্ব অচেৎপা দ্রোণাচার্য্য গুরু অথোইবা অনি-মাবুন্নং ধর্ম্ম ইমাঙ শংশংবদা ধৃষ্টদ্যুম্ন পানগনবনা প্রাণ থরাই হাথলে। পলেম ইমা পোকথাবি কুন্তি সতী অচুম্বানা শানৌ ইচিন ইনাও মঙামাবু কোথৌ মুখিৎ খুদিংদা চেংলৌ মিৎলম থম্না হয়াউনৈরে। অসি লৈন্নাং মতম মানগুম্ববু মুংশি পুকনিং হয়াঙ থোইনা পাউ-জোইনবা রাজা দুর্য্যোধন নিংথৌরেমচিংনা শানৌ মচিন মনাও চাম্বা-মাবু লানকম তমথবাদা প্রাণ থরাই মাঙলবগী পলেম মমা পোকমাবী সতী পদ্মাবী অংহনবান্নং মুংশিমথৈ নাইদনা থমোই মৈচাক থোইং-বিরেনে।

শ্রীকৃষ্ণ মহোমলোন সুভদ্রা অর্জুনবীনসুং অভিমন্যু মপারীবু চক্রব্যূহ থোংজলেনথেগী লানথম থোংজিল অচিনবদা মায়কৈ মথোঙ থংদনা লোংমল্লবগী সুভদ্রা অর্জুনবীদো সুংশি মতৌ কম্বু লৈখিরোই। দ্রৌপদি অচুম্বীগা থাইরোইনবা শাগৌ ইচিল ইনাও মতামাবু থৌরম লৈবা খৈখিবী নারক খুত্তম অথাবা খুদিংদা শমু মরেংবান্দা ভোংনা পুকনিং অবাববু লানবিরকপা হেরম্বীগী মপারী ঘটোৎকর্ণ পান্-গলবতুং কুরুক্ষেত্র লানথম অরাবদা লোংমনখিরে। পন্থৌ শাৎমাববু পুকনিং থৌজাল থোক্তনা মাউরোকপিবা শংলৌ মথৌরাংদগী লানশোক খুথম অথীবা খুদিংদা কোনোও মিংলেন চৎনা য়াইফনবা মৎস্যদেশ লম্বমাবা বিরাট্ নিংথৌরেলসুং পন্থৌ মপা মচা পুম্নমাবু থাইরোইনবা ধর্মরাজা নিংথৌরেন ঐগী ভারত যুদ্ধ অথোইবা লানথম ইশুংলাং অভিজনা প্রাণ থরাই মাঙলরে। বন্ধু লম্নপ লোয়ন-চায়া পুম্নমাসুঃ পাপি লিংচেন ফত্তবা ইশুংলাংগী মদোম মকোক মা-ন-খিরে, শাগৈ থবাই হাৎলবা ঐগী মহাপাপ ফত্তবা অসিদো থৌরম মতৌ করম্বনা কোকসিবনো। মুনি কোলোয় নম্নাথংনা হায়রিরো। মাগী ম্নারম অয়াম্ববু উন্‌বি নিঙশিং-লুবদা রাজা নিংথৌকলেব ওইববতুং সন ঈকৈবাকপু নমদা হুমা লহান মাগী মতম্পুম থোয়মা নারক চৎনা লখোইনিঙলে হায়না মুনি মমাঙ শংশংবদা শমু মখুৎ লেংমা মালেম লম্নদা-ওন সুংশি মতৌ কম্বু লৈতনা মকপচবনু চেংলা মিংথিৎলবগী ব্যাস মুনিরেন্দো সনা ঈকমলেন্দগী মাঙনা হৌশংলক্লবনা ধর্মরাজা নিংথৌরেনমবু উকাথি লুমাং কোয়া হৌগৎলিরবদা মুনি কোলোয় মথাং নিঙথিবদা বাহৈখিরে।

হে রাজা নিংথৌরেন-ওয্ নঙদি হৌজিক মতম অসিদা শাগৈ থবাই হাৎলগী চুর্ণি রারম অয়াম্বু উনবি লৈনিঙশিংনা করিমি লিকপ্নিবনো? রাজা দুর্যোধনন কিদৌরেমচিংনা শাগৌ মচিন মনাও চম্বাবাবু থাইরোইদনা লানথম মতৌ ভয়বীবা অসিদা মদোক মদোম প্রাণ থবাই মাঙনখিবা অসিবু নিংথৌ নঙনা শাগৈ থবাই হাৎলুববু নত্তে। থোইমোন বিধি লোংদম্বা মথৌদাগী ভৌশিকনে। সনা

মীহৎপাংবু হৎপাং নবেং তানবা পুংনিং অরা চঙ্‌না নিঙমুঙবো। লানকম থাম্বী মৈথা লাংগুম্বা প্রাণ থরাই মাঙ্‌না হয়েল লানশোক্লবা অসিগুং ক্ষেত্রি বংশ শাগৈরেনগী লমচৎ মতৌশানে। ধর্ম্ম-অস্ত নহক-পাংগী মনাক শংশংবা অসিদা শ্রীহরি অথোইববু পেপ্লা লৈরিয়ে মায়ববু থঙ্‌দনা করিগী অরা পুক্লিং চঙলুগবনো। বংশ শাগৈ হাৎপগী মহাপাপ অচৌববু কোক্লবা পুণ্য বাযম পুম্বনাবু হায়রকে। উসুবি পুক্লিং তপ্না লাভাউ-ও।

মহানবোং হরিচৈঙদা চীংঙ্‌ নোংথো সয়ারেমা দৈত্য হিংচাবশিংবু হয়েল লানশোক্লরুচৈঙদা খোইমোম লাই হিংচাববু যাম্না নোংমলঙ্লবগী মহাপাপ অরুববু কোক্লবা শ্রীহরি লাইরিংথোগী বৃত্তি পুকনিং পেম্না হয়াউনবা ব্রত তরা চাহেন খোইনা অশ্বমেধ যজ্ঞ অথোইববু তৌরবদা পাপ লাইজ ইরেন্‌পুংগুববু কোক্লথিয়ে হায়দবরা। অরাং কোরৌ নোংনিংথোগী মহাযজ্ঞ অথোইবা অসিগুমবু ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন-ও! মঙসুং নশানৌ পানগল মপা ভাম্বা মরিমাবু ঙাইরোইমনা মহাযজ্ঞ অথোইববু তৌও। বংশ শাগৈ হাৎপগী পাপ পুক্লিং অয়াববু কোক্লচৈঙনে হায়না পাউমেনববু নাত্তারবদা ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেলনা অনৌবা পাউহংথিয়ে।

হে মহামুনিরেন-ও! অশ্বমেধ অথোইবগী যজ্ঞ লমচৎ হৌনববু য়াথং যবেং শীম্না পাউতাকপি-ও হায়রবদা, হোয়দা হে রাজা নিংথৌরেন-ও! বংশ শাগৈ হাৎপগী পাপ পোৎলুম কোক্লবা মহাযজ্ঞ অথোইবগী বিধান লমচৎ হৌনববু বাহয়নকে।

হরি খোইমোম লাইরিংথোগী উমবি পুক্লিং হেম্না হয়াউনবা ব্রত তম্না চাহেনথোই চিঙ্গাক অহাউ নমদা হুম্না রাজাপত্নি অহেনবীবু ভানোয় মাঙ্গা থারিচৈদা [1]অসিপত্র যাইওইববু থাঙ্‌শাং নাক্তা থম্না য়াত্তাচৈনে।

---

১। অসিপত্র—থাঙ, নিংথৌ রাণী অনিগী য়ায়দা থম্বা থাঙনি। মাসিদা হুপী হুপানা অপাব হুংওনগী বাথল তৌমকপদা থাঙ অসিনা মথম্না হৌগৎলক্‌না ককগদবা যজ্ঞী থাঙনি।

সময় মতম অসিদা [2]শৃঙ্গার চিঙ্গাক অথুম্ববু চারুকরোই। অমৃত চিঙ্গাক থুমখোইববু উনবি পুক্লিং থম্না চারুববু হায়বদম্বুং পায়মা উনকোইম্নুংদা অপাম পুক্লিং চঙ্খুরবম্বুং নয়ক লৈখা ভাইহেনে। সভ্য বাশক অচেৎপবু থঙৎলবনে হায়না পাণ্ডমেনববু নাতায়বদা ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেম্না অনৌবা পাউথুমখিয়ে।

হে মুনি অথোইব-ও। কোলোই নয়াথং অসিবু নাতাবদি নিংথৌ ঐগী পায়মা উন্‌কোইনুংদহুম অকি পুক্লিং চঙলে। হৌজিক মতম অসিদা লায়ন্ন- ময়েং ভায়বনিগীনা যজ্ঞ মণ্ডম তৌনববু থন লনয়াম পুম্নমাবু লৈতরে। থৌরম মতম থোকপা থুদিংবু পানগল খোঙজোম ওইনবা শাগৈ ভাইরি অচেৎপা চাম্না লিতিন খৈবিকপু হাঙনা যজ্ঞ মণ্ডম তৌনবা য়াবা লনমরু পুম্নমাম্বুং মকম করিগুম্বদগী লৌরুসি হায়বনো। ব্রত চাকহেন অথোইবম্বুং হেনঙম্নরোইয়ে। হা হা দুর্য্যোধন কণ্ডবা। নগুং-লাংগী মালেম লৈখা ভারগে হায়না ব্যাস মুনি মাঙদা লাইজা ম্নিৎপাল-শীল মুংশি ভক্তি চৈয়োইননা পুরুমজববু <u>ব্যাস মুনি</u> অথোইবনা ভক্তি মতৌ মুংশিববু উন্নবগী কুলিকুলা থোজাল লিচেৎননা হৌগৎপিরবগা হে রাজা নিংথৌরেল-ও! থাইনা লহাননোংদা রাজা মারুত নিংথৌরেম্না যজ্ঞ মণ্ডম তৌগে হায়বগী রতন সনা মায়খাঙববু ব্রাহ্মণ খোইয়োম লাইবু নিঙবদা সনা মীপোৎ শেম্না দান দক্ষিনা পিখিববু পুঙমদয়বগী য়াংলৌ লম-থাংমাদা ভায়োয়ে। খাধী মৈতাল অগাবগুম মালেম লৈমায়থক্তা ফেক্টোক-লম্বা রতন সনা মায়খাঙবা অড়দি কোয়ৌ নোংজা থুদিংবু মালেম লৈশৌ-পুংগুম অনৌ অনৌ শৌখৎলকপনিগীনা চৌংলেন পনল লাগুমলে। হস্তিনা নরৈপাক অসিবু হায়দবম্বুং সংসার পুম্নমানড়ং পুঙমলোইয়ে। লন মতিক হায়ঙমদবা অসিবু সনা মীপোৎ শেম্না লৌরুরগা যজ্ঞ মণ্ডম তৌনৌও হায়না পাণ্ডমেনববু নাভায়বনী ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেম্না বাহমখিয়ে।

হে মুনি অথোইব-ও। ব্রাহ্মণ মীয়ল অয়েম্ববু লৌনা হৌজিক মতম অসিদা যজ্ঞ মণ্ডম তৌনয়বদি নম্ন কনাগুম্বশিংনা ধর্ম্ম মরল অয়েম্নবু

২। হুংশি হুংঙনদা লমথুংনবা।

নত্তনা মহাযজ্ঞ তৌনৈয়ে হায়রবদি সংসার পুম্নমা অসিদা অবচ মিংলেন থীববু ওইরগদৌনে। মহাযজ্ঞ তৌবগী পুণ্য মখৈ পুম্নমাক্নং মাওলে হায়না হোয়রাদরবগী মুনি খোইমোম লাইওইনবনা অনৌবা রাহয়কয়ে।

হে রাজা নিংথৌরেল-ও। উনবি পুক্নিং তপ্না নাতাউ-ও। মাগী রারম অয়াম্ববু চায়রকে। সময় মতম অদুগী বাদি ব্রাহ্মণ লাইওইনবা পুম্নমাক্নং মুনি ঋষি লেংনা ভিনবশিংস্নং দানব্ হিংচাবশিংগী পানবোম মথা থানা লৈরিবনিগীনা মুনি ব্রাহ্মণ পুম্নমাদি খোইমোম লাইহিংচাবু শোওকিবগী কর্ম্ম থৌরম থৈবিক্তা ধ্যান লাইনিঙ কায়নৈয়ে। ক্ষেত্রি বংশ পুম্নমানস্নং দানব্ হিংচাবশিংবু হুয়েল লানশোক ওয়দে। সময় মতম অদুগীদা ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেন-ও নওগা শানৌ নচিল ননাউ মওা-মানা হুয়েল লানশোক ওয়খ্রবগী ঋষি লেংনা ভিনবা ব্রাহ্মণ লাইবু নিঙবা থৈবিকস্নং সংসার পুম্নমাগী দুখ পুক্নিং অরাববু কোকপিবা নত্তবরা। নিংথৌ সনা চোওলেন থানবা পুম্নমাবুস্নং পানগল মওগী খুৎথুম চদিবা অদুনে। বামন মরল অরেপ্পবু নত্তে। করিগী পুক্নিং অরা চওলুবনো হায়না রাহম্ববু নাতায়বদা অনৌবা পাউহংখিয়ে।

হে মহামুনিরেন-ও। যজ্ঞ মণ্ডপ তৌবগী বিধান রায়েল হৌনবস্নং থৌরম মতৌ করম্বনো। লাঙ্গোই মণ্ডপশাস্নং মকম করিগুম্বদা লৈরিগ-রনো? যজ্ঞ মণ্ডপ তৌনবা ব্রাহ্মণ লাইওইনবস্নং করম্বনো হায়না পাউহংলবদা ব্যাস মুনি অথোইবুনা পাউখুমখিয়ে।

হে রাজা নিংথৌরেন-ও, যজ্ঞ মণ্ডপ তৌবগী পোৎয়াউ মতীং অয়াম্ববু রাহয়কে। উনবি পুক্নিং তপ্না নাতাউ-ও। ব্রাহ্মণ লাইওইন-বদি শাগৈ জাৎ শেংথোইবা বেদ লাইরিক হৈবা ইন্দ্রি মতৌ ওাকপা মায়া পুক্নিং করুবা অসুম্ববু বামন লিশিং কুন শুনা য়াউগদৌনে। ব্রাহ্মণ নীপুম খুদিংদা রতন সনা মায়থাওবগী দুলাই রথ-মাগা লাঙ্গোই মোই-শায় লুবাংবা শাম্ মপুম্মগা সনা শাপোৎ মওায়াই কাউরেন শনবি লিশিং অমগা কোয়ৌ নোংশা কোনস্নং লিশিংতরা ওনা যজ্ঞ মণ্ডপ অহানবদা দান দক্ষিনা পিনগদৌনে। লাঙ্গোই মণ্ডপশাদি শগোল

মথা রাংবা মরা মুনা য়ু্বা লংঙৈ ই মথোক্ত মরিমাদ, ধবল ওৌনা তাঙবা খুজিল থরো লৈক। মামা হেননৌবা মরাক্ত মালং নোংশিং চৈরোইনমা খুৎতম মতৌ চঙথোনবা অসিগুম্বনা যজ্ঞ মণ্ডপশাবু ওইমঙ্গনে। লাঙ্গোই মরাইবক্তা রাশক লাইরিক ইনা পোৎদাম রাকচিং থাগী পূর্ণিমা য়ারা থানিম্নোংদা যজ্ঞ শগোল থাদোকঙ্গনে। লাঙ্গোই মণ্ডপ শাবু ওাক্লবা নিংথৌ শাগৈরেম্বগী পানগল মপা তাম্বা কনাগুম্বশিংগা লাম্মী মীয়াম হৌনা নগর খুঙ্গং খুদিংদা শগোল মতু ইমা ঙাকঙ্গনে। হে ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেন-ও। মণ্ডপং যজ্ঞ মতম হোৌবমথেবু ব্রত তরা চাহেনঙ্গনে। লৈমা নশানৌবু মুংওন নাক্ত থান কোরো নোংজা খুদিংবু সনা কমজাউথক্তা অসিপন্ন থাঙশাং থরা য়াতাঙ্গনে। উনবি পুক্লিং অয়াংবনা মুজা শমু মহকশাংবু শোক্লিংকরোইয়ে। কাম পুক্লিং অয়াংবনা মুংশি লাকওমদনা লৈমা শমু মককশা'বু শোকচিন্নবদি ব্রত তরা চাহেল্লিবা অসিদা শিংলেন অবেম্বা লৈরাং অতিংঙাবু ওইরঙ্গনে। থাম্বী মৈতরেং অরাবনা ঘিফু থুমথোকবনু চাকচিনখিবা তুগুম্বনে। পানগল মতিক হায়ওম্দবা অসিদা উনবি পুক্লিং ঙাকপদি নয় ভীম মথোক্লকপনে। পুক্লিং মৈশা অকনবা মতিক পান্দম লৈতবা অসিদা উনবি পুক্লিং লেপ্লবদি ধর্ম্ম মহৈ অথোইবনু চাউখৎনৈয়ে। যজ্ঞ মণ্ডপশাম্নং নিংথৌ কনাগুম্বনা কাওমলোই। লাঙ্গোই মনিং তমঙ্গনে। যজ্ঞ মণ্ডপ-শা অহূনা থিংলৌ লিঙ্না তেনা হলরাইরক্তরিবমথেবু ব্রত তরা চাহেনবম্নং কায়্করোইয়ে। তাইবং নোংশাপান অসিগী মহাপাপ পুম্নমাবু কোক্লবা অশ্বমেধ অথোই-বগী যজ্ঞ মহৈ পুম্নমাবু শুনা কায়রবনে হায়না পাউমেনবনু নাতায়বগী উনবি লৈনিঙশিংনা পাউথুমখিয়ে।

হে মহামুনিরেন-ও। হৌজিক মতম অসিদা পাঙ্গল ইতিক লৈতরে। ইশানৌ পাঙ্গল মথোক্লকপা মরিমা অসিম্নং কৌরব পাণ্ডব অনিমাগী লানকম থাম্বী মৈশা লাংগুম্বদা অরামথৈ কংলক্লবা মশেনে। কর্ণ পাঙ্গল মপাতাম্বগী মপায়ী বৃষকেতু অহেনবম্নং ঘটোৎকচ মপায়ী মেঘবর্ণ মথোক্লকপম্নং নারা অপিশা মশেনে। মাথোম অসিগুম্বনা যজ্ঞ শগোল

থাবগী ছয়েল লানশোক অরুম্বদা থোরম মতৌ করম চংকবনো। হৌজিক মণ্ডম অসিদা ঈশানৌ ভীমবল মদোমনঙাইবে। নিংথৌ সনা ইরৈবাকী মুংশি পুক্নিং অরাববু লানবিরৈবা শ্রীবাসুদেব কৃষ্ণ শিদবমুং ধর্ম্ম সনা ইকমলেন্দা লৈতরিয়ে। বংশ শাগৈ হাৎপগী পাপচু মৈশা অকনবা অসিনা মালেম লৈথা তারবা ঐবু পাঙ্গল কনাগুম্বনা মুংশি পুক্নিং কোকৎনুঙম গবনো হায়না পাউমেনববু নাতারবগী ভীমবল পাঙ্গল মথোক্লকপদি নাপল ময়াই কাববু চৈরোয়ননা রাহয়কয়ে।

হে রাজা নিংথৌরেল-ও। উনবি পুক্নিং তপ্পা নাতাবিও। শ্রীহরি অথোঙববু লৈরিঙৈদা পানগল কনাগুম্ববু অকি পুক্নিং চঙলুসিবনো? উনবি নিঙশিংলুবদি পাপ লাইজা ইরেনপুংগুম্ববু চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা মাঙখিরে। অসুম থৌজাল লনকুহৈবা শ্রীকৃষ্ণ শিদববু লৈরিঙৈদা লৌশিং রাথল য়ম্না করিগী পুক্নিং অঙক চঙলিবনো। হে রাজা নিংথৌরেল-ও। যজ্ঞ মণ্ডম শাবু লৌরুবদি পানগল ইরাচাবু ওইজগে। হে মহামুনিরেন-ও। লাঙ্গোই মণ্ডম শাদুম মকম করিগুম্বদা লৈরিগবনো পাউতাকপি-ও পানগল থুংঙম থিনা লৌরুরগে হায়না পাউহংববু নাতারবগী মুনি পুক্নিং হরাউ থোইনা রাহয়কয়ে।

হে ভীমসেন পানগনব-ও। কোলোম নরাথং অসিবু রারম অওকপা মহাকনে। তৌইগুম যজ্ঞ মণ্ডমশানা লৈবা পুর থুঙ্গং মুংঙাইববু রাহয়ককে। উনবি পুক্নিং তপ্পা নাতাউ-ও। লাঙ্গোই মণ্ডম শানা লৈবা থুঙং মুংঙাইবা অদুদি ভদ্রাবতি হায়না কৌয়ে। ভদ্রাবতি পুংময়োন্দা রাওনবা রাজা যৌবনাশ নিংথৌরেম্না যজ্ঞ মণ্ডম তৌনগে হায়বগী মরল পুকৈ থনবর শমু মীথুবাক্তা পিনিঙদনা য়াবা মরল লীকৃপ-গুম নমু কনাগুববু থঙহন্দনা মাইকৈ চিথেক মরিমাদা ছুলাই লেংদনা তোংবা লাঙ্গোই শারু তোংবা পুম্নমাগা লাম্মী তেজোল তরাগুনা মালং নোংশিৎ মথোঙ থিংগুম ঙাক্লিয়ে হায়না পাউমেনবর নাতারবদা ধর্ম্ম-রাজা নিংথৌরেম্না রাহমখিরে।

শিনগুম চৈরৈ কিরোই-পি ভয়া মচাক থাক্লা লাঙ্গোনবিবা বিরাট নিংথৌরেনদুং প্রাণ থবাই মাওয়ে। পঙ্খৌ ইপা শাৎমাবা কর্ণ মথোক্লক-পনা সভা শীরামমাওদা বারম লওজ থোইবগী য়াইবি থবাই মাওবু পূক্লিং বাওইক্লগুনো। হে পঙ্খৌ ইপাভোন-ও। নঙ্গী পাঙ্গল খোঙজোম ওইনবা হৈনা নতুং ইজগে। খোবনাশ নিংথৌরেনবু পান্‌গল খুৎথুম চন্‌না লাঙ্গোই মওম শাবু শমু নখুৎপাক্তা পিরগে হায়না পাউমেনববু নাভারবগী ভীমসেন অকুনরদি পূক্লিং হরাউথোইরে হায়দবরা?

বলহৰ পানগন মথোক্লকপনা মনোংয়াই মেঘবর্ণ অহেক্লবা বাহুয়-খিরে। পঙ্খৌ নপা পোক্লম্লাবা ঘটোৎকচ পানগৰদো হিমথী হিংচাবীগী মপায়ীবু ওটমিগুম দ্রোণপুত্রি মচুখীপা ভাইয়োইনবা শানৌ ইচিল ইনাও মওামাবু গন্ধমাদন চীংজেন পনলংলাদগী শমু মবেংবাক্লা হাপ্পা পুমকয়ে। পানগল মতিক্ল হায়ওবদবা অচুবু অহিং লানশোক অমথুবা খুৎশু মচিল থংবা নোংমন খিরবা ঘটোৎকচ পানগনবা মপাজীও নওদি পার্থ অর্জুন তেজহৈবর ভাইয়োইনবা হস্তিনা লৈবাক ওক্লমও হায়না পাউমেনববু মেঘবর্ণ অহেন্‌বনা পাউথুমহনরে।

পঙ্খৌ ইপা শোকপা ইপুবেন-ও! পানগল মদোম্মনা লাঙ্গোই মওম শাবু লৌক্লগে হায়বসিবু গুণ নতিক অওকপা নহাকনে। তৌইগুম কনোংয়াই মেঘবর্ণ নাবা অথুবা ঐম্নং হৈনা নতুং ইজগে। থারং হাইয় চেক্লা পোনবি য়োমুদম পৈবরক্তগী চেক্লা চওনা লাক্ল বওগুম্বু ইমু শমু নখুৎপাক্তা লাঙ্গোই খুৎশিনরগে হায়না পাউমেনববু নাভারবদা মেঘবর্ণ লাংচেংমথোক্লকপা নওদি পঙ্খৌ নপা ঘটোৎকচ পানগনবুগী মপায়ীবু ওইদনা ওইরে হায়না অদম পানগল মতিক থাগৎনরিবৈদা অহিং ইমুংমাগী য়ুথক পুংবা অনি গুণিয়বগী য়াথং পাউতাক মত্তোলপোম্বা থ্যায়ু মুখি অথোইবমং ভূপ [1] কৌরৈ পননিকমু ইন্দ্রগিরবুদা শানৌ মচিল মনাও মচায়াম্নং বারম মচি ওইবর গয়ে কুক বাইবর হেনবা পাওব ঐখোম মচামাগী পাকল চৈনৌ ওইবরগীবু অমা তৈনা লৈজবে। তাইবং

নোংশাপান সমক্র ইরেনপুং লানগমদব। অসিদগী হরি সনা খুরাইরম্না থাকহৈ হিগা ওইনা থরাই অশক্পা পুন্নমাবু লানবিরিয়ে। অসুম থৌজাল লনকু পিহৈবা গোবিন্দ অথোইববু নঙনা থৌরম মতৌ করম্বনু তৌসি হায়রবনো? শ্রীকৃষ্ণ মপুরেনবু হেয়া তাইবং নমু পোংওইবগী হকচাং পাঙ্গল মথোক্লকপা খেবৈকপু মৈরাং অভিংবা মশেননে। দেবকী পায়বা লিনকোইগী হরি লাইমরু অসিনো মপু থোগল লৈতনা সুংশি পূকথোঙ্ হাঙলবশিঙ্গী পাঙ্গল চৈশৌ ওইবিবা অদুনে। ভক্ত মদাই-রেম সুংচানবশিংবু থৌজাল লনকু পিহৈবা প্রভু কোয়ৌ ইনোংথৌ নঙবু নত্তনা থৌরম মতৌ কয়ম্বু তৌনা লায়গবনো? হে ইবুংঙ্ যহমনি অথোইব-ও। নঙগী থৌজাল মিংয়েং অখুম্বনা য়েংবিরক-ও। শাগৈ পস্থৌ পামচাশিংবু য়াইবি থরাই হাংপগী মহাপাপ অরুম্বু কোক্লবা যজ্ঞ মণ্ডপ তৌজগে হায়না নিঙজরিবা অসিবু হে স্বামী অয়োইবা নঙবু নত্তনদি থৌরম মতৌ অপনববু ওইরৈঙনে। হৌজিক মতম অসিদা নিংথৌ ইমাও শংশংবদা লৈবিদনা করিগী থাবিকা লৈবাক সুংঙাইবদা লৈরিবনো হায়না অসুম পাউমেনববু নাডারবদা। পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবনা পাউখুমকয়ে।

হে নিংথৌ অথোইব ও। মচি লন মরু অচেংপবু থঙনা নমু মী মপঙ্গুম করিগী পাবেল্লিবনো? হরি থোইমোম লাইমরু অদুদি চেংলো মিংয়েং অথাপ্পদসুং ইনাক শংশংবদস্থুং থৌজাল শীনবা থুংনা মরৈরিবা অদুনে হায়না ব্রহ্মরিডৈঙদা থাবিকা লৈবাক সুংঙাইবদা লৈরিবা শ্রীজগনাথ অথোইবা অদুদি ভক্ত মদাইরেমশিংবু কাউরেন মনবি চাজেন-বীনা মুকমু শনচা তুংনাউ শোনবা নাউয়োকপগুম্বু থৌজাল থা-নদনা লাঙ্গোনবিবনিগীনা মতম থঙলৌ ঙমদনা হস্তিনা মপুংথাইগী নিংথৌ মথোঙজিন্দা চঙলকপবু দ্বার থে ঙগেন ডাকপনা চেংলৌ মিৎথিংলবগী অচেন থংলৈ য়াঙ্বা প্রভিকাথি থোডাকপনা নিংথৌ চেংলৌ মাঙ্দা থানা থঙহল্লুমবগী ধর্মরাজা নিংথৌরেমচিংনা শাগৌ মচিল মনাও মডাথাবু ডাইয়োইনমা চেংলৌ মিৎকুপ মরম্বদা কৃষ্ণ সনা মথোঙথাবু

ব্রাহ্মণা ইমায়নখিরবগা হে স্বামী কোয়্নৌ ইমোংখো। মতমু পূর্ণসিং ইথৌলাংনা নিঙজরিঙৈদা মতম থঙলোঙমদনা চংলৌ মাঙদা থানা কাউবক্লে তায়না মালেম নৈকায় তুনা পূরুষ বনু চংলৌ সিংখিংলবগী শ্রীকৃষ্ণ অথোইবনা পাংবোম থমবৌ লৈরাবোনঙুন্না অনিমাবু ভিংনা নিংথৌ শমু মহকশাংবু হকশাং পুম-নাম্না মায়থোং মপু কাবনু চুম্নিরবগা মশানৌ পলেম পিশাচা মরিমাবুম্নং থৌজাল ল.জোনবিয়ে।

থৌরম অসি মচুংদা ভক্তি মতৌ অমেঙবনা পুণরিক শ্রীকৃষ্ণ অথোই-বনু অন্তম্পুরে সনা য়োইকোম্ নংদা পুচিমখিরবগা সিংহাসন মায়দা লাংনা কম্ফমহল্লবদা ভরা চেঙ মচং লোইথি কোয়রেং হাউথোইদিংবু কংনা ঐরাৎ পুরুক্জরবদা যজ্ঞসেনি সতী দ্রৌপদি অহেনবীনা প্রনাম মালেম লংদা পক্না পুরুমবগ পাউমেজখিয়ে।

হে মাধব শ্রীকৃষ্ণ অথোইবা। নঙনা মতম কত্তবা থোকপা থৈবিজা শমু নাকা থানা লৈবিবঙুম মুংশি অয়া নংহন্দনা লানবিরকয়ে। মকম কবিঙুমদা লৈনা চংলৌ মাঙদা থানা নক্না নক্না ভানকংহনবনৌ। হে ভগবন্ত ঈশ্বর মপুরেন। নঙবু চংলৌ শকুন্তনদে তায়না পাউমেম্নরি-ঙৈদমুং কাল মতম থঙলোদনা উংলে। চৈরৈ ফদোম শেংনা খতু কিশেংদবগী ইকাই মায়খিহল্লৈদম্নং চৈরৈ কিগী মশক ওইনা মঙনা থোঙাল লাজোনবিরকয়ে। হৌজিক মতম আসমন্নং চংলৌ নশক ঊনা তানকংজরবগী যজ্ঞ মঙম তৌজগে হায়না শঙলৌ থৌরাংলবা আসদো য়োন্দনা উমবি পুক্নিং থুংনা মপাঙলঙৈনে হায়না পাউমেজরবদা মশাথি ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেমম্নং য়াহমখিয়ে।

থম্মোই লৈকাম্নুংদা উনবি নিঙশিংলিঙৈনা ভপ্না চংলৌ মাঙদা থানা তানকংজবা অসিদো থৌরম লৈবা থৈবিজা পুক্নিং চিংনলৈভনা পাঙলঙৈনে। হে শ্রীহরি অথোইবা। নঙবু চংলৌ শকউনরবা অসিদা থম্মাল লাঙাং তৈনা তাউদনুবগা থোরমা মাংহন্নোক্লনা করাউনবন্ধুঙলে।

ব্যাস মুনিরেম্না হায়রম্বা যজ্ঞ মঙম অথোইবগী মায়ম মতু ইমা শান্নৌ ভীমসেন অর্জুনমম্নং লাজোই মঙমশাবু লৌরুগে হায়বগী প্রতিজ্ঞা

রাশক্লৎখলে। হে প্রভূ কোয়্নৌ ইনিংখৌ-ও। নঙবু চেংলৌ শকউনা-থিগে হায়না লেপ্পা ভাইখমজৎখ্রে। হৌজিক মতম অসিদা থৌরম মতৌ লৈরবত্তুং য়াথং মরেং শীন্না হায়বিও হায়না হয়্রাং থুমখোই শাউখোইরিবা পুন্নমাবু কৎনা পুরুংজয়ে হায়দবরা?

অম মহামুনিয়েন্না পরিক্ষিত নিংথৌ মপারী রাজা জন্মেজয় অথোই-বদা পূণ্য য়াম্নম পুন্নমাবু মহিরবগী মপারী গঙ্গাদাসসেন লৌশিংবনা শেন্নবা মহাযজ্ঞ অথোইবা অসিদো সভা লেংনা তিনবা সাধু থোইমোম শাংবু নিঙবশিং-ও। নঙথোয়্নদি তাঙজা নৈরেতোন্দা শ্রীহরি হরি শোয়্নমা নাভাবি-ও! মহা পাপিরেনবু কোক্লৈভেনে॥

য়াম্নম অসি মতুংদা ভক্ত মদাইরেমশিংগী উনবি থুৎথুম চন্না থৌজাল লাঙ্গোনবিহৈবা থন্নাই নিংশা পাল্লিবা খৈবিকী মচি লন মরুম্ন ওইরিবা অম য়াইকরেন য়াইকবা শ্রীকৃষ্ণ নিঙথিববু হন্না হন্না পুরুম্নবগা অশ্বমেধ যজ্ঞ মতম ভচৌববু য়াথং মরেং শীন্না তেংথারকে। ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেন্না য়াম্নম অন্নুম তৌনা থৌরম পাউমেন্নবদা দেব নারায়ণ নিঙথিবনা পাউথুন্নকয়ে।

হে ধর্ম্ম! নিংথৌরেনও। নঙগী পায়্নমা উনকোইন্নুংদা পাঙ্গল কনাবু চৈশৌ ওইনা যজ্ঞ মতম তৌগে নিঙঙম্বনো? অসিপত্র থাঙশাং নাঙ্কা থানা ব্রত চাকহেন পুন্নমা অসিবু [1]নাকোং পোংপাউ বাতারম তানদবনা থৌরম থোইনা [2]ঙপখোইরিবা অদুনে। শংলৌ [3]নাথ্না মথোয়্নাংনা তৌঙমগবনো? খোইমোম গন্ধর্ব্ব পানগনবচিংবা রাজা নিংথৌ পুন্নমানম্নুং যজ্ঞ থৌরম অসিগুমবু কনানা তৌঙমদবা অদুনে। য়াম্নম মতৌ অমত্তুং নশানৌ ভীমবীর পায়্নমা মপূকচাউবগী চাকচা অথন নাইদনা উনবি থৌয়্নাং পেনবা নাইদবদা বিদ্যা মহৈ ওইজবা থোইনা পানগল মপা [3]তামম্নিগুম লৌশিং পূকনিং য়াংখোইবা অসিগুমবু মন্নুনা বাতা-নদনা কয়্নম পূকনিং পাঙগবনো? ভীম পায়্নমা উনকোইন্নুংবু

---

১। নাকোংদা চীন্না বা-তায়্নবা ২। চিংমন্নিবা (পাঙথোকপা য়াক্নিবা)
৩। মাঙবা লৈজিবা।

লৌশিং বাখল য়াংবগী তাওদা ঐকাই নমদা হন্না হিরবী হিংচা-বশিংবু তালোয় নাক্তা থাক্লইয়ে। উন্থি ১কংয়াওনবা মতৌ অসি-গুম্বু পায়বা ঐগী উনকোইমুংদা পুকনিং মথৈ লৈতনা মতৌ থোইনা ভুককৈয়ে। মমান সত্তয় মপুরেনগী আশ্রম মকমলেন্দা লৈরিউৈদমুং উনবি পুকনিং য়াংথোইবা অসিবু লমচৎ মহৌশাবু ওইনৈয়ে। মতম থোক্ল-খুদিংগী চেৎনা শংলৌ থৌরাংকম থৈবিকপুং মদোম পুকনিং অথও পেয়বা য়াংতাবু মনিংকৈয়ে। জরাসন্ধ হেনবা হিংচাবা অনিমাবু পানগল খুৎতম থিনা ওমজবগীদমক গর্বত নাপল য়াংজবা ভীম পায়না লৌশিং তাম্বনে। অর্জুন মশানৌ অমমুং ভীম দ্রোন কর্ণ জয়দ্রথ শকুন মহাদেব গন্ধর্ব পুরন্দরনচিংনা অমম্বুবাম্ভ তোকলেন লিশিং পানবগা মথোয় অসি থৈবিকপু পানগল খুৎতমজবগীদমক নদোও উনবি নায়াংজবা ভীম অর্জুন অসিগুম্বু থৌরম য়াতায়দনা উনবি ননিত থুংনা শংলৌ থৌরাং করম পাওগবনো?

রাজম মতৌ অমমুং মাওগী থৌরম অহানবদা রাম নারায়ন অহেনবনা মশানৌ ভরত লক্ষ্মন শত্রুঘ্ন অহুমবাবু তাইরোয়ননা অশ্বমেধ যজ্ঞ মণ্ডম তৌগে হায়বগী লাজোই শগোল থাখিবদা মপারী লবকুশ অনিমানা বাল্মিক মুনিরেনগী ২পুমুং ইংথোলনেন মুংতাইবদা যজ্ঞ মণ্ডম শাবু কাজিনখিরবগা য়াম শানৌ মচিল মনাউ মরিমাবু বলৎকার পাঙল থেঙ্গা প্রাণ থবাই মাওহন্নে। থৌরম মতৌ অসিবু বাল্মীক মুনিরেম্বা নাতারবগী মুনি মন্ত্র অরুবনা চাদিভাহ মচিন্মনাউ মরিমাবু য়াওনা য়াইবি থবাই হিংহন্নে হায়দবয়া?

রাম নিগুণ মতিক অরুবনা থিওলৌ অমরক নিওনা তেনা যজ্ঞ মণ্ডমশাবু লাওথৎখিয়ে। চৈংও শ্রীরামচন্দ্র লাইমিংথৌ নিয়াকার কাকদবা মহাজনমুং অবা হকচোক লাংনা যজ্ঞ থৌরম অথোইববু তৌ-খিয়ে। হে ধর্ম। নিংথৌও। নওদি নরল পুকৈ লৈতে। ভয়ম ননাই য়াথলে, শমু পানগল পোল্লে। যজ্ঞ মণ্ডম তৌনবা শংলৌ

১। জান থংমাং মাওবা। ২। নহু।

করমন থোরাংগে হায়বনো ? উন্‌বি মথাক নাইদনা নিঙথৌরবা
ধনঞ্জয় অর্জুন নশানো মদোম নতাইরে। অর্জুন পানগনবা মহাক্তি বক্ষ
মঙমশাবু তাকপা লাঙ্গোই শগোল মতুং ইম চৎথিরৈঙে। হস্তিনা
নরৈবাক অসিদি পানগল কননা তাকপিরগবনো হায়না পাউমেনববু
নাতারবগী ভীমসেন পানগনবদি য়াইবি কলহৌ নীক্লা কল্লাউ লাক-
ঙমদরক্নে। থম্মোই উনকোইমুংনদি উনবি পুকনিং-থুক তাংজা মরৈ-
তোম্নদি য়াথং ভক্তি-তৌ শমু মথুৎ লোয়া কৃষ্ণ সনা মথোঙথাদা
য়াহমথিরে।

হে প্রভু। কোরৌ ইনিংথৌ! থবাই ইথিরেনগী মচি ললমক্ল
অচেৎপা-ও। নদাইরেম ঐবু ভীম পায়মা ইপুক চাউবগী পুকথন অপেন
নাইদনা থংরে। দৈত্য হিংচাবিশিংমুং তালোই নাক্তা থানা লায়
তোম্নন তোনক্লইরে। থোইনা উনবি পুকনিং য়াংথোইরে হায়না পাউ-
মেল্লিবা অসি খৈবিক্লমং তাংজা ঐবু ঊকাই লৈরুদে। বারম মতৌ
অসিবু বাহমজরকে। উনবি পুকনিং ভপ্না নাতাবিরো। হে শ্যাম
কৃষ্ণ অহেনবা-ও। নঙদি পায়মা নপুক চাউদবগী সমক্রু লাইজা
ইবম অবেৎমানচিংনা শিলা চৌংলেন পনলংলা তোংচেং কায়নৌ থবান-
মিচাক য়োইময়াই তাউদনবা লোইদাম থাজ পাথংবা লাইজ ইরিক্লাই
কংপান মালেম লৈকংলাং অস্থাবর জঙগম অচৎ অরেপ পুম্নমা ব্রহ্মাণ্ড
মকোয় অচৌবা ময়ুং মণ্ডাল য়ুথক কোটি লিশিং ৬৩৫১ লথা ২৭০
শুবা হংস কাংঙা লুমগুম্বা অসি খৈবিকপু কৃষ্ণ সনা উনকোইমুংদা
চন্না থম্লিবদি পায়মা নপুক পিকপগী তোশিক্লরিঙেনে। য়োইবু রুক্মিনী
অহেনবীনচিংনা লৈমা লিশিং ১৬ মাবু নমদা হন্না জালুক কাযবি
প্রণম নিংথৌগী মযোম মুংচানশিবু বিবাহ মুহোং থোংদোংবুবা অসিমুং
কৃষ্ণ উনবি পুকনিংমাঙদা হীকপয়া? বারম মতৌ অমমুং বরাহ
থিঙলৌ য়াপান্‌বা কূর্ম থিঙ্গ লাইরিপিচা মৎস্য লেমলৈ ঙানিংথৌগী
মযোম মুংওনবিশিংবু মরাল লুহোং থোংদোংবুবদি মরম করিক্লীকানো !
অদুম উনবি নিঙথৌরবদি হে প্রভু! অরোইব-ও। নঙবু য়েন্না পুকনিং

থোইনা য়াংথোইববু অথা কনা লৈহৌকপনো। ভীম ঐবু মুজা শমু খুৎথুম চলংলে হায়রে। লহান নারদ মহামুনি অথোইবনা থোইমোম সনা নখোংথাদা শিংলেন পারিজাৎ লৈনিংথৌবু কৎচরুবগী পুষ্প মালা পরেং লিক অদুবু রুক্মিনী থৌরী ওকোইরমদা থোনবিরববু সত্রাজিৎ নিংথৌ মমোমলোন সত্যভামা অহেনবীনা নাতাথিরবগী কজাউ মথে লৈহরে হায়ববু কৃষ্ণ সনা উনকোইশুংদা পুকনিং শোওকি চওলবগীদমক শিংলেন লৈপান মরু ফুরা সত্যভামা শমু মথুৎপাওা পিথিবা অদুদি মুজা শমু খুৎথুম চন্দবনে হায়না নিংথনবরা। অসিসুং মদোমদে। বামন নমু মী মনেমগী চেংলৌ মশক ওইনা বলি নিংথোরেনদা লৌনম নতৌ ওম্হোকপবু তৌরুইরে। সমুদ্র লাইজা ইরেনপুংদনিনা দ্বারিকা লৈবাক মুংঙাইবদা কর্দ্দী নকম ওইনৈরে। ক্ষিরদ শঙ্গোম ইচিক্লাইগী মমোম মুংওনবিবু লৈমা নাক্তা থারুইরে। বারম মতৌ অমসুং হে মাধব শ্রীকৃষ্ণ অথোইবা। নওবু শানৌ ইচিল ইনাও মওা-মানা পায়মা উনকোইমুংদা পুকনিং চেৎনা নিওজবদি কোরৌ নোং-লাংপান্দগী নোংজু শিক্লা থকমাদববু উনা চেক্লা থৌরৈ বাকখোং চীংমুং নোঙ্গৌথীনা পুক্রিং থাজ-চওবগুম সনা য়োইথম্বলনা মুমিৎ মতাল অরাববু উনা শিংলেন লৈকা কমা শাৎথোকনিংবগুম থরো লৈরিকচিন অশংবনা লোইদাম থানিংথৌবু থাজ মশক উবদা উর্নবি পুকনিং পৈজবগুম মোমনু মথোক্লকপিশিংবু চেংলৌ শকউনরবগা পাথং লাংচেং মকারকপনা পুকনিং মুংঙাই থোইমবগুম পুণ্য থৌরম পুন্নমানা ধর্ম্ম মথোই তোংববু উনা হরাউবগুম ভক্তি মতৌ অমেওববু উরবগা সত্য বাচুম অরেপ্পনা থোইনা পুকনিং হরাউ পেমবন্থগুম্ববু হে মাধব শ্রীকৃষ্ণ অথোইব-ও নওবু উনবি পুকনিং চেৎনা নিওজবদি থৌরম মাওন র চুম ওইরে। অক মরম থোক্লবা য়াওনা চেংলৌ শকউহনবরা নিও-জবদি কও ইতৌ থিবা বাংঙাদুম নোক্লরেরে লৈমাং অভিংঙাদা সনা নথোওথাবু পুকনিং থাজা থোইনা হরাউনৈরে হায়না কৃষ্ণ মস্তিক কংনা পাউমেল্লবগা ভীমসেন পায়মা লৌশিং থোইবনা ভক্তি মাথং

অমেঙবনা হয়া বয়া য়াহনখিরে। হে প্রভু কোবৌ ইনোংখৌ-ও মঙবু চেংলৌ শকউ কংজরবগা পুকনিং অরা কোল্ল ধর্ম্ম মথোই তোংনা চাউখৎনখনে। মদাইরেম ঐগী ইতৌ অয়োনবা থৈবিকপু পুকনিং য়ারৌ-বিদনা হৌজিক থৌরম অমা অমা ওইরবস্থং সনা নঙগী নয়াথং পানগল ঐথোয়গী চৈশৌ ওইনবা শ্রীবাকা অমৃত অথুবত্তম পিনৌও। যজ্ঞ মণ্ডপ শাবু লৌরুবগী থৌরম অরুবা অদুদি হে হৃষিকেশ অথোইব-ও। মদাইরেম ঐগী পাঙ্গল ইথৌ ওইজরগে হায়না পাউমেনববু নাতায়বগী প্রভু দেব নারায়ন অথোইবা অদুদি পুকনিং হয়াউথোইবনা মায়থোং মঙাল-নাই অথয় চিনখা ঙাংথোইববু মোমোন চিন্দাই নোঙ্গা ভীমসেন পাঙল মতিক থাগৎলে। ঈশ্বর ভগবন্ত অথোইবদো ভক্ত মদাইরেম্বু চেংলৌ শকোই চিংনা য়েংনা অসুম য়াথং নোঙ্গা পাউশানবদা কৃষ্ণ উনবি মথোই তোংনৈরে। হে ভীমসেন অকন্‌ব-ও। কোলোয় নঙগী নয়াথংবু নাতাবদা ঐবু থোইনা উনবি পুকনিং পেললে। যজ্ঞ মণ্ডপ শাবু লৌরুগে হায়না য়াথং য়াশকঙবদো কোলোয় অক থোকলে। পাঙল নতিক ওইবা মহাকনে হায়না পাউমেন্নরবগা যদুমনি শ্রীকৃষ্ণ অদুনা ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেনবু কৌনা য়াথং পাউমেনহৌরকয়ে।

হে ধর্ম্মরাজা যুধিষ্ঠির নিংথৌরেন-ও। নঙগী শাগৈ পঙ্গৌ পামাচা ব্রাহ্মন গুরু হাৎপগী পাপ অরুবা পুম্নমাবু কৃষ্ণ শমু ইথুৎপাক্তা পিরো। শানৌ নচিন ননাউ মতা মাগী মহাপাপ থৈবিক্তো পুন্না কোকহন্নগে হায়না পাউমেনববু নাতায়বগী ভীমবীর পান্‌গন্‌বনা পাউথুন্নকয়ে।

হে প্রানমাথ অয়োইব-ও। পাপ হক্তা পকলিবা অসিবু কৃষ্ণ শমু নথুৎপাক্তা পিরবদি অময়ক থিংলৌ নিঙ্‌না ভেনা মালেম নৈথা তায়ো হায়বনম্নিঙৈনে। হে শ্রীহরি অথোইব-ও। নঙ্‌না থৌজাল লনকুবিগে হায়রবদি অক মহে পায়বত্নম নিঙাবিয়ো। কৃষ্ণ উনবি পুকনিং পেন্‌বিয়ো হায়না নিঙথজরিঙৈদা ঐগী মহাপাপ পুম্নমাবু সনা নহকশাংদা কয়ম পিসে হায়বনো? নদাইরেম ঐনা লাজোই

শগোল লৌনা হলল্লাইরক্তরিবা মখৈবু ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেনগা সুংঙাই চৈরোয়নবা কপ্ফমবিঙামঙ হায়না পাউবেঞ্জববু মাত্তারবদা দেবহরি শ্রীকৃষ্ণ শিদবনা পূকনিং হল্লাউথোইনা পাউমেল্লকরে।

হে ধর্ম্ম নিংথৌরেন-ও! মশানৌ ভীমবীর পানগনবা, অর্জ্জুন তেলহৈবা অনিমাবু লৈরিঙৈদা পায়বা নঙ্গী উনকোইমুংদা পূকনিং সংশয় মাইনা করি নিঙ্থল্লুবনো পঙ্না য়াথং নোক্সা পাউশানিংবগী পানগল মাবঙাগী মত্তিক অচৌববু কোপোয় কোয়থা হায়না পাউ-মেল্লবনে। মবিংঙাগী শংলৌ থৌরাং অসিনা লেপ্পা থৌরম মতৈ পাম্না পাঙ্লটঙনে হায়না পাউমেল্লবগী ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেন্দি থোইমু শিংলেন লৈপাখনা থবাল লৈরিক অথুপবু তানকংজবদ্ধগুম্না থোইনা পূকনিং হল্লাউ চঙলে। থৌরম মত্তৌ অহুম তৌনা কোপোয় পাউ-মেন্নরিঙৈদা য়োইময়াই তাউদনবনা অঙানবা থোঙলোন থমখিরবগী ভীমবীর পাঙ্গনবদি উনবি পূকনিং-তপ্ চীংঙ্ মিংলেন শোয়া ইমুং থোমলেন ভুমকল্লবগা হয়েং কৌবা চীংমুং শোয়মক্লবগী অঙ'নবা সনা থোম্মদোম্না মুখিৎ থেনকায়ক্লবদা শ্রীকৃষ্ণ অথোইববু হায়। ভক্তি পূকনিং চৈরোয়নবা পুরুম্লুবগা পলেম মমা কুন্তি সতী অচুম্বীগা মশাবি ধর্ম্ম রাজা নিংথৌরেনবুমুং মা'লেম লৈদা পক্সা ওমা হমা পুরুম্লবগা মশানৌ অর্জ্জুন রা'য়মা তেলহৈবদা রাহমখিয়ে।

হে শানৌ পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈব-ও! নঙ্দি প্রভূ নারায়ন থোইথোইবগা তাইরোয়নবা হস্তিনা লৈবাক তাক্সা লৈঙব-ও! হায়না পাউমেন্নরবগা ভীমবীর পাঙ্গল মপা তাম্বদি বৃষকেতু মেঘবর্ণ অনিমাবু তাইরোইনমা যাত্রা থোঙশানখিয়ে হায়দবরা? কোরৌ মুমিৎ কূইনা ভদ্রাবতি লৈমরোম্দা রাঙনবা রাজা যৌবনাশ নিংথৌরেনগী সনা য়োইকোম্ংদা বাইথুংজুরে। হে সাধু থোইবোম লাইনিংব-ও! নিংথৌ নরৈবাক্তা চোয়নৌ সনা মাইখাঙ্ কোয়া লৈতেং মৃমকুপ্পবগী য়েংকদনা চেংলৌ মিৎপূ লংয়ে। থোইনা উন্বি পূকনিং হইয়ে। লৈকাই মুমুম থূদিংদি ধ্বজ কিয়াপ মুংবস্থং মালং হুমহং চৈরোয়নবনা কো'য়ৌ

নোংমদোন্দা ভোংচেং কায়নৌ থরানপিচাক্লা থরা মঙাল্লাইনা পানবন্দ্র-
গুমযে। লোইদাম থানিংথোনা মাইকৈ নোংপোক প্যাংবয়মগী থাজ মপুং
ফানা থোক্লকপগুম য়োইময়াই লাইয়েন তাউদনবাগী মুমিৎ মঙাল অয়া-
বগুম য়েংফদনা চেংলৌ মিৎপু লংনা লৈবাক পুম্না ঙায়া লৈঙম্বা অহুবু
শংশং মাঙদা থানা উরুয়ে। যজ্ঞ মণ্ডপ তৌবগী মৈথু নোংলোন কাবনা
কোয়ৌ লোংদোল থুমহৎলে। য়াংলেন পুংথৎ তৈবা খোইমোম মিংলেন
শকপা বেদ পূরাণ থিবগী খোঞ্জেল মুংশি চৈরোইনবনা থোইনা উনবি
পুকনিং হুইয়ে। ফুয়া লাইয়িম নিঙথিবা চেকপল ইঙ্গি শিৎপা মাগুর
চাউকোই সুংঙাইবা বৈঠক মুংওন পুকহুবা পুম্নমাবু মালেম শনথি
লৈমাই তৈবনা নোংপোক চাকমিয়েং শেনগুম লৈবাক পুম্না ঙায়া নিংথৌ
সনা য়োইকোন মুংগী নিংথি মতৌ চঙথোনবা পুম্নমা অসিবু মিৎয়েং
শানখৈৰুরগী ভীমবর প্যানগল মপা তাম্বদি পুকনিং হরাউ থোইরে।
পুখরি মিয়োকফোয়গী লাইজা ঈরিক্লাইনা মনম মুংশি পুক্লিং হুবগী পুখরি
চিথেক মরিমাদা পামেল উপুন্সিবু তলা মরেং বোয়ে। মাধবী লতা উয়ী
থাওয়েৎলৈনা পামেল লৈত্তেং বেল্লে। তাউজিং নাকুপ্পা হয়রাং মচা য়াম্বা
শেনবি কাবো কৈন্থুং থৈবোঙ কিংন্যাই নিঙথিবা তাউজিং কৈনৌ থুম-
খোইবা থাংচুপ মরেং অচুম্বা নারঙ্গ শামস্রোই কৈরাংচানগা হয়জাও মনম
মুংওনবাগা কেলি কদম্ব উনামতাম সুনা খোংনাং নারেঙবনচিংনা
পামেল মরেং হৌবগী তলা উমং মুংঙাইবদো খোইমোম লাইবু নিঙব-
শিংমী তপশ্যা কোয়ৌ লনশাকমগুম উনবি পুকনিং হুইয়ে। শিংলেন
পাক্কোংলৈ লৈহাউ লৈমুংশি বকুল লৈওম্ছোকা মালতি মালিকা যাতি
যুতি ক্রমলতা শিংলেন কেতুকি কেয়া লৈমুংওন লৈরাং মশীং য়াম্বা পুম্ন-
মাগী পুষ্প উমং মুংঙাইবা অহুদা য়াউয়ৌ শা, পোনবি উচেক পুম্নমানা
লেংতিন চৈরোইননা য়াকানৈয়ে। পোনবি কুকিল চেকনিংথৌ চেক্লা
চীংশোং লম্লৈমগা অনিমানমুং খোজেল মুংনৌ থোক্লা খোংখৈয়ে।
খোইমু শিংলেন লৈপাম্বনমুং খোইমু য়োমদম পৈনা য়াকানৈয়ে। ময়ুর
পোনবি কোইচায়েক য়াংোং মৈপুংবিচানা ইরিক মযৈ কমা খোঙলোয়

চুংকোই শাইরে। মালং নোংশিৎ তপ্না হৃবগী শত্রা হকচিক লাংবনা মুংঙাই মপান-বন্দু পূৱা লৈতে। তত্রাবতি মরৈবাকী নিঙ্থি মতো চঙখোনবদো রায়ম মখৈ কংনা কনানা হায়ঙমগবনো হায়্ঙমলোইরে। থৌরম মতো ওস্থোকপা থৈবিকপু চেংলৌ মিৎথিৎলুরবদা বীর পাঙ্গল মপা তাম্বা অহৎমানা পাউমেমখিরে। রাজা <u>যৌবনাশ</u> নিংথৌরেনগী সনা য়োইকোম্বং অসিদো যজ্ঞ মণ্ডপশা অথোইবা মহা পুস্করতন নিঙথি-বন্দু লেপ্পা লৈরিবৈতেনে। থৌরাং মতৌ করম্বনা লাঙ্গোই মণ্ডপশাবু তানকংসিবনো? বন্দক মতম অসিদা লাইজা ইথৌরাংবা তম্না চাপুক লাম্বা চিঙ্গাক মহাউ চাথং নিঙথিবা থৈবিকপু শমু নমদা হুম্না পানগল নিপা থোক্লসি হায়না রাথং রাশক্লরকপদো থৌরাং মহৈ পাম্না শগোল থুঙা চম্বা থোরম্বা ইমায় ওমগুমসে। তোইঙুব হে নায়। অথুব-ও। নবিঙাবু পুকনিং শোঙকি চঙ্ঙুনো। ভীম ঐবু লৈরিবৈদি পান-গল কনানা থুৎথুম চন্ঙমলোইরে। উনবি পুকনিং তপও। হায়না অসুম পাউমেমরিবৈদা য়োইমমাই লাইরেন তাউদনবদি অঙানবা থোঙ্লোন থমথিরবগী মিৎয়েং উহংরুম মতাই থিদনা তাইথরবগা হয়েং ইমুং কৌবা চৌংমুং শোয়রবদা ভীমবীর পানগন্বনা রাহমথিরে। হে বৃষকেতু, মেঘবর্ণ লৌশিং নতম্রকপা নাবিংতাদি উনবি পুকনিং তম্না কন্থম্ঙম-ও শংলৌ ঐগী ইথৌরাংনা যজ্ঞ মণ্ডপশাবু শমু থুৎথুম চম্বা লৌশিং পুকনিং শেংনা মিৎয়েং শানথৈরুখিগে হায়না রাহবু নাতার-বগী কর্ণ লিশু হৈবগী মপান্নী বৃষকেতু পানগন্বনা হে পঙ্গো ইপা-তোন-ও। রাজা যৌবনাশ নিংথৌরেনগী লাম্মী তেঙ্গোল তরামা আসদো পাম্বা ঐগী তুনকোইনুংদা নাপি মত্ত মানগুম্বা মনিঙয়ে। পুকনিং শোঙাক চঙবদু পুম্না লৈরুদে। লানশোক ঐগী মায়রোক মানা লাম্মী কনাগুম্বনা লানকম পুকনিং তপ্ঙমগবশো। রায়ব পান্দম অমদি গঙ্গা লাইজা ইথিক্লাইবু উরবগা মহাপাপ পুচৌবনা য়াঙ্থি-বগুম, য়াউজ্রৌ শানিংথৌ শারেন লোংশা থাংনোবদু উরবগা থোরমা নাউয়োমকগী লাঙ্গেই মোইশা-মানা লোংশা নাক্তা পকশিন্দবগুম, চিকা

মঙাম্নাইবা লাঙ্গোই মতৌ অসিগুম্বনু চেংলৌ মাঙ্দা থানা উৎম্নবগী পাঙ্গল মপা তাম্বনা পাউমেল্লকয়ে।

হে মেঘবর্ণ লাংচেং নথোক্লকপ-ও। নঙ্দি যজ্ঞ মঙমশাবু হৎল্ল গে হায়না নিংমৌ মাঙ্দা থানা য়াশল্লকপা নত্তবরা? হৌজিক মতম অসিদা য়াথং য়াশক কায়দম্নবদি লয়য়োন মোংলোন অহুবমাদা কোলোম নমিং-লেনবু য়াইক মিংলেন চৎলৈওনে। থৌরম অসি থঙ্না পাঙ্গল নথৌম্নাংনা লাঙ্গোই শগোল কাক্লরো। বারম মতৌ অমঙ্গং মতম কূইনা শংলৌ থৌম্নাং থীল্লবদি প্রভু নারায়ন অথোইবনা পূকনিং সুংঙাই ওয়্নরোইরে। যৌবনাশ থুম্নিংথৌনম্নং লাম্নরা অতোপ তাবশিংনা য়াবা মরল লীকপগুম থম্লিবা অসিবু নঙ্গী পাঙ্গল নথৌম্নাংনা লাঙ্গোই করম থুত্তা চম্লুগবনো হায়না পাউমেনববু নাতারবদা মেঘবর্ণ মথোক্লকপনা পাউথুমাথরে।

হে পন্থৌ ইপা পোকপা! ইয়ু পাঙ্গল নপা-তাম্বা-ও। নঙ্না যৌবনাশ থুম্নিংথৌগী লানমী মতৌ উবদা কাম্নগী উন্থি পূক্নিং লাংতক্লনা পাউমেল্লিবনো? ননোংম্নাই এনা হৌজিক চেংলৌ মিৎকূপ মরমদা শগোল থূৎথুম চম্না ইয়ু শমু নথূৎপাক্তা পিরৈওনে। বারম মতৌ নত্তবদা থৌরম অচেৎপনে হায়না কৰিগ পূক্নিং অবা চঙ্না পাউমেল্লিবনো। লাম্মী মপৈ য়াম্না নৈল্লিবা অসিবু অতাং শাম-থৌগুবনে। পাম্নবা এগা উনকোইনুংদা নাপি মগুং মানগুম মনিওয়ে। লাম্মা তেঙ্গোপ মরক-চং লাঙ্গোই থুত্তা চম্না লৌম্নক্লবু ইয়ু ভীমসেন পানগনবা নঙ্দি বৃষকেতু নপাম্নীপা সুংঙাই কম্ফম চেৎনা মিথয়েং শানথৈওনও। হায়না বাহম্নবপা দৈত্য হিংচাবা মহাকৌ চেংলৌ শকোইথোংবু চিংথোকলে। য়াবা মথোক্লেনবু অমম মথৈ কংনা নোংশা লাম্নাউথোনবু নোংথাক চৈরোম্নননা লাউথৎলবগী মাহৈকৈ মথোঙ তম্নামাদি তনাব পূকনিং ওকলে। তম্না মায়াপাডি পরেংপেম নোংলেন ইনৌ ওম্না মাইকৈ চিথেক মৰিম্নবু অতিম্না নোংলোন থুম্না নুংলেন নোংজুমহলে। কোয়ৌ নোংশীতমং মৈবী শঙাহৎপেনবু বিজুলী নোংথাং চৈরোইননা কেম্বৎক্লবগী মেঘবর্ণ শমু মৎক-শাংম্লুং তম্না নোংলেন মশক ওইথিরে। থৌরম মতৌ তম্নোকপা অসিবু

খোইমোম লাই তাইবং নমু পোংওইবা পুন্নমানা চেংলৌ মিংথিংলবগী য়াল্লা ভুগুপ-চুংনা পোঙ্‌কিনরে। চীংঙ্‌ নোংখৌ সয়ারেন মখিৎ লিশিং পানবনমুং কোলোই য়াথং ফুইনা খোইমোম ঐগী কোয়ৌ নোংমদোন অসিবু পানগল খুৎথুম চয়া ভমভগে হায়না দৈত্য হিংচাবা কনাগী শংলৌ খোরাংবু নারিগবনো? হে খোইমোম লেংনা তিনবশিংও নঙখোয়বু রায়ম মচি ওইববু খম্মা খোঙলোই য়াঙ্‌না খোশীথোকলো। কোনৌ নোংমদোন মালেম লয়খায়োন তাইবং নোংশাপান ময়োল অহুমমাবু প্রলয় মাঙ্‌লাইদম্মু নগুনা মহাপ্রলয় মতমগুম খোরম মতৌ ওম্মোকপবু তৌরিবা অসিবু পুক্লিং ঐবু খোইনা অঙক্ চঙ্‌লে হায়না পাউমেনববু নাতায়বদা চীংঙ্‌ লেংনা তিনবা খৈবিল্লা পুরগুর য়াথং মপাউমেন্দগী খোংলোয় য়াঙ্‌না খোশীথোকখিরে। মেঘবর্ণ মায়া শান্‌ঙল্‌ খোইনা লৈরিবদা খোইমোম লাই তাইবং নমু পোংপইবা পুন্নমাবু অকি পুক্লিং চঙ্‌লবগী চীংঙ্‌ নোংখৌ সয়ারেন মহাকম্মুং খোইয়ম সনা মহকশাংদা য়াইবি থরাই পস্তরে। প্রলয় মাঙ্‌লাইদম্‌গুমলে। পানগন মপা তাম্বা করম্বনো মিংয়েং শানথৈরুও হায়বগী দমক খোঙ্‌লোই ঐবু য়াঙনা খোশীরবয়ে। অসুম পাউমেল্লববু নাতায়বগী মেঘবর্ণ পানগনবনা হোয়দা। হে খোইমোম লাইগী খোঙলোই পাউহনবু-ও। উন্‌বি পুক্লিং তপ্পা নাতাউ-ও। কোলোয় ঐগী হমিংথেংদি মেঘবর্ণ হায়না কৌয়ে। ভীমবীর পায়মা লৌশিং থোইবগী মপারী ঘটোৎকচ পানগন মপাতাথদি পম্মৌ ইপা শাৎমাবনে। খোরম মতৌ করিগী লাকপনো হায়রবদি হস্তিনা লৈবাক মুংঙাইবদা ধর্ম্মরাজা যুধিষ্ঠির নিংথৌরেম্মা শাগে পম্মৌ পা-মাচা ব্রাহ্মণ গুরু পুন্নমাবু খাক্তনা হুয়েন লানশোরিকমদা য়াইবি থয়ায় মাঙ্‌না নোংমন্‌হল্লবগী নিংথৌ সনা উনকোইদুংদা লৈবাক খুঙ্গং পাপ্পা রাজা নিংথৌ ওইনিংবগী শংলৌ মথৌরাংনা মহাপাপ অচৌববু লেপ্পা ওইররে। অসিপত্র চাকহেন অরুববু হেম্মা যজ্ঞ মণ্ডম তৌগে, লাঙ্গোই শগোল লৌরক্লুও হায়বগী পম্মৌ ইপা পোকপা ইয়ু ভীমসেন পানগনরগা কর্ণ লীশু হৈবগী মপারী বৃষকেতু মথোক্লকপগা ভাইরোয়ননা লাঙ্গোই

মণ্ডপ-শাবু লৌগে হায়বগী লাকপনে। প্রপয় মাঙ্লাইদমগীবু করিগী ওইরুগবনো? শগোল খুত্তা চম্বা শংলৌ থৌরাংজবনে। পুক্লিং শোঙকি চঙগুনো। চীংঙ্ নথৌঙ্গান্দুম উন্বি পুক্লিং পিনা থৌজাল লনকু-বিরকও হায়না খোইমোম নোংপাথং অতেংবদা খোংলোই নঙনা য়াথং পাউমেনবিরু-ও। অসুম রাহুন্নবগী খোংলোই পাউহনলোয় পুন্নমানা চীংঙ্ নোংখৌ সরারেনগী চেংলৌ মাঙদা থানা মেঘবর্ণ কোলোয় ময়াথংবু রারম থাংথৈ নাইনা খঙ্হল্লবদা শচিপতি অয়োইবদি পুক্লিং হয়াউথোইনা হে খোইমোম লেংনা তিনবর্শিংও! ঐখোয়দি লানশোক মতৌ ওস্থোক-পবু সুংঙাই মাঙদা থানা মিৎয়েং শানথৈরুসে হায়না রাহুন্নবগা মদাইরেম মাতুলি শাথৌববু য়াঙ্না চুলাই শাপোৎ শেমহল্লে। চীংঙ্ মঙাইরোই পুন্নমাসুং মাগী মাগী রথ চুলাইথক্তা তোংখৎলে। খোইমোম নোং-পাথং অতেংব সুং নিঙথি থোইনা চঙ্খোন্বা চুলাই মখুংনেতা তোংখৎ-লবগা মদাইরেম মাতুলি পানগনববু শারথি শাথোননা হুয়েল লানশোক-কমদা য়াঙ্না ইন্দারকলে। মেঘবর্ণ শানকম মাইকৈরোমদা থৌরাং মতৌ ওস্থোকপবু তৌরিবদি থরং হাইনু চেন্না পোনবি য়োমদন পৈব-রক্তগী চেন্না চঙ্না লাকবিবনুগুম্ববু ভদ্রাবতি লাম্মী অথৌলিচা হেপ্পা পুন্নমরক্তগী যজ্ঞ মণ্ডপ শাবু কোয়ৌ নোংমদোন্দা মালং নোংলৈ চৈরোয়-ননা পুখংখিরে হায়দবরা? লৈচিন নোংকাইসুংদা মাইকৈ মথোঙ খঙহন্দনা অসুম পুখংখিবরু যৌবনাশ খুনলিংথৌগী মদাইরেম লাম্মী তেঙ্গোল ভয়া মাদি উনবি অঙক্ চঙনা হা হা মতৌ করিগুম্বনো ওস্থোকয়ে। খোইমোম লাইরা? দৈত্য হিংচাবরা? গন্ধর্ব থয়াং অথৌবরা? কাল মায়া তমথিবনা য়ৈথাই নোংদমক্লবগী তৌশিন্না? পানগল মপা তাম্বা করম্বনো? থৌরম মথোঙ খঙ্লৌ ঙমদয়ে হায়না মলোম মদোম পুক্লিং শোঙকি চঙ্নরবগী লাঙ্গোই শগোল ঙাক্পা শংলৌ মাথৌয়গী মথৌরাংদি থৌরম থাপ্পা লৈরগুনো। থরায় মমিরেম্মা শমু মহক মহকশাংদা পক্পিত্রবচুগুম্ববু মাইকৈ মথোঙ খঙদনা ঙম্না হুয়েল লানজেন্নখিয়ে। ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইববু ঙান্না লানফম মমায় ওন্দবা

লাম্মী কনাগুম্বত্তনা থূংশূ শমু খুত্তা পায় অত্যা নোংলোন অকোয়ববু চিংনা-য়েং পুক্লিং অঙক চঙ্না পানগল মপা ভাব্বা কনাগুম্বনা। যজ্ঞ মণ্ডম শাবু শগোল খুত্তা চন্থিববু মাইকৈ মথোঙ খঙহন্দরে। মতৌ ওম্না তৈনবা অসিবু খোইমোম লাইগী নোংদম করম্বনো হায়না নিংথৌ সনা মথোঙখাদা খোঙ্লেংয় মাঙ্না থৌশীথিরবগী যৌবনাশ নিংথৌরেন্দি মদাইরেম ম লেম লৈবাক কোইবা পুম্নমাগা ব্রাহ্মণ সভা লেংনা তিন্না কম্ফমণ্ডম্বদা খোঙলোয় শমু মখুৎ লোম্না পাউদম্নইয়ে। হে নিংথৌ অথোইব-ও! লাঙ্গোই মণ্ডমশাবু ইরু শান্দোংবিগে হায়বগী শগোল মাথোনথিবদা খোইমোম নোংদম্বা করম্বনা অত্যা নোংলোম্বক্তা পুথৎ-থিরবনো? উন্বি খঙলৌ ঙমদরে হায়না রাকৎলুববু নাতায়বদা নিংথৌ পুক্লিং অরা চঙ্না "হে ভদ্রাবতি মালেম লৈবাক কোইবশিংও! পায়মা ঐগী উনকোইম্নুংদা পান্দম মতৌ খল্লুবদি চীংঙ্ নোংথৌ সরা-রেনগা ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর মহাদেব লাইয়িংথৌগা খোইমোম মাথোয় মরিম্না অসিবু নস্তনদি চীংঙ্ কনাগী শংলৌ মথৌরাংদি নারিরোইয়ে হায়না নিঙথল্লে। তৌইগুম লাঙ্গোই ভাঙজা মথোঙখুনবু শংশং ভাঙ্না খঙ্নবা অমরক মিৎয়েং শানথৈরুথে-ও হায়না পাউমেনথোক্লবগা নিংথৌ মপাম্নী সুবেগ যুবরাজ অহন্ববু কৌনা রাহমথিয়ে। ইপাম্নী হকশাং পান্গল মথোক্লকপা নঙ্বু যজ্ঞ মণ্ডমশাদি মাইকৈ মথোঙ খঙলৌ ঙমদনা মারূথিরে হ'য়রে। লৌশিং নথৌরাংনা করম লাঙ্গোই ভাঙজা মথোঙ-খুনবু খঙলুগবনো হায়না পাউমেনববু নাতায়বদা মপারী সুবেগ যুবরাজ লৌশিং মহৈরকপনা গর্বিত পানগল ময়াই কা নিংথৌ চেংলৌ মিৎলম থম্না রাওম্নকরে। হে ভদ্রাবতি খুননিংথৌ নরেশ্বর মপুরেন-ও! সনা উনকোইম্নুংবু নিংথৌ উন্বি পুক্লিং ভপপি-ও। সুবেগ মপারী ঐবু লৈরি-ভৈদি খোইমোম লাই ভাইবং মী রাক্ষস ফিংচাবা কনাগুম্বনা শগোল খুত্তা চম্না লৌথিঙম্নগবনো হায়না পুকনিং কঙ্গাউ থোইনা পাউমেল্লবগা ভম্না নিংথৌ সনা মথোঙখাদা লানকম লৈঙেং পোৎলেইই শেৎলে। লাঙ্গোই মোইশা-য়া লুরাংববু শামু লিশিং ভম্না গুনা শাপোৎ মঙাল

নাইরে। কোয়ৌ নোংশাক্লোন মখোঙ মালেম লয়দা ভাকুগুম মুয়াঙ য়ালং নোংশিৎ চৈরোয়নবা মশেনবু শগোল মপুম লখা শুন্মু সঁজা লৈতেং পোৎলোই-শেম চুঙ্গোই নময় হুন্না থাঙশাং খুত্তা শুবা তেন্দোং নঘো শেন্বা থোঙমী ময়োঙ চুঙশুবব লিশিং কোটি শুনা ঙাইখয়রবগী চুলাই লেংদম ভোংবা উন্বি পুক্রিং হুপ্পা লানফম লৈতেং পোৎলোই মঙাম্মইবা মশেনবু চিশিং মম্বিশু দুষ্টজন লংবেৎপা লাম্মী থয়াং কোন্দাইলোনবা খৈবিকপু ঙাইয়োয়ননা চতুরঙ্গ মঙানুচাউ পোৎলোই মপুঙ-ফা চৈরৈ ফিরাল লমলাই নাইনা সনা সেকপিন থান মোইবুং শিঙ্গা মনিম্নাই পেরে থোপথি-থোং বাংলেন ময়াঙ-হৌ শেনবুং খোজেল মনিম্নাই দগর-নগর পুংয়ামযৈ কর্তাল তয়েৎ শেনখিং থোইনা অত্যা নোংলোম্ফকলোমদা পানগল মপাতাম্বা কনা কনাগুম্বশিংনা তোংচেং কায়নৌ থৌয়ানপিচাক মহাকপু শমু খুৎনা লাকে তৌবগুম কোয়ৌ গুমথং-চোং পুকনিং কঞ্জাউ-থোইনা শয়েঃ পানবু-তিং লিরুং খুৎশূ পায়না নোংদোম্বক্তা পাইবগুম হুয়েল লানথৌয়ক্লে হায়দবরা? মেঘবর্ণ অথৌবনা অত্যা নোংমদোম্দা তৌরিবদি য়ারা মখোঞ্জেনবু কোয়ৌ থমনোং থোংগুম হম্মা চম্মা লাউথ-ময়ুবগী ভদ্রাবতি লাম্মী অথৌলিচা চেপ্পা পুম্নমাদা নাকোং থোঙলেন-ফুন উন্বি পুক্রিং থুক্কা রায়থুংলৈয়ে। খোইমোম পানগল মপা তাম্বা করম্বনা চঙঙয়কবনো যজ্ঞ মণ্ডপ-শাবু মেঘবর্ণ অথৌবনা লোইদাম থানিংথৌবু বাহু শারাইথৌনা থাজা পুম্না য়োৎপহগুম লাঙ্গোই খুত্তা চম্মা থম্লিবা অতুবু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী কঞ্জাউ মথৈ লৈতনা পাউমেল্লক্লে। কোয়ৌ নোংমদোম্দা লাঙ্গোই শগোল হূনা থম্লিবা নঙবু কনানো? শমু ঐখোয়গী খুৎথুম চল্লবনে। থরাই লাইবিং ঙম্নয়োইদ্রে হায়না মাইকৈ চিথেক মরিমাবু মম্মা তেনবি নোংজুমরক্লে। নুংলেন চাউথোইববু মশীং থিঙমদা পামেল ঙম্মোইবা মশেনবু মপুম পাঙদ্দনা অত্যা নোংলোম্বকলোমদা কুংনা ফেনথৎলে। তেন্বি কৌতাংকোন শাবা বায়রা শমকোক-থাঙ মান্বা, লোইদাম থাজা মচেৎ শাবা ছেৎনৌ শীঙজং মান্বা ব য়রা ফেমথিনা হুনশাবা তেনবি মরম য়াম্বা পুম্নমা অসি খৈবিকপু চানা ইত্তাই

কুপক্লুম কাপ্পবগা মুদগর মোংশুক বায়কাবা মুশল নুংশুক অকুইবা থেক্নু চাউথোইবনচিংনা মেঘবর্ণ পানগনবন্না লৈরিবা স্বর্গ কোরৌ নোংয়দোন্দা খুৎশু মপৈ মপৈ কাপথৎখিরবগী লোইদাম ইঙ্গা থাদা নেংলেন মথোঙ ফুইনা চুবগুম অত্যা নোংলেন অকোয়ববু পুম্না চেংলৌ মিৎথোঙ মমলে। অমুম মাইকৈ মথোঙ থিংনা ব্রহ্মা তেলবাইরকপা থৈবিকপু চেংলৌ মিৎথিৎলবদমুং মেঘবর্ণ পানগনবুদি পুকনিং থৌওই লৈরদনা যজ্ঞ মণ্ডপ-শাবু শমু খুত্রা পায়নদুম পাউমেল্লকলে। হে পানগন মীওই চঙথোনবা খুৎশু তম্ব থৈবশিংও। নঙথোয়বু উনবি পুকনিং তপ্পা নাতা-ও। লানশোক মাইথোক য়ংনা ঙাংখাম্নবা নঙথোয় পুম্নমাবু হায়দবমুং চীংঙ নোংথৌ সয়ারেন মহাক্না থোক্নম লেনা তিনবা থৈবিক্না চেংলৌ ঐগী মাঙদা থানা লাক্নবমুং লাঙ্গোই খুত্তা পিঙয়রোইয়ে। থৌরম অসি খঙনা ল্যানকম মাইথি নংদা য়াইবি থবায় থাদবিদৈ নয়ান নঙথোয়গী লোনরিম-মায়দদুম থংলৌ নিঙনা তেনা হলবাইথিরো-ও হায়না দৈত্য হিংচাবা মহাক্কী মায়া চেংলৌ শকোইথোং ভয়ঙ্কর আক পুকনিং চঙবা মহাকপু শংশং মাঙদা থানা চিংথোক্লবগা নোংলেন মশক-ওই বাংবুল লেন-হৈ লৈমায়শী-না নুংলেন নোংজুথরকলে। মালং নোংশিংদ্ অক্রনবা মহাকমুং নোংলৈ চৈরোয়ননা হুমজিল্লক্লবগী লানকম মীপা থোকহৈ হায়না ঙাইখৎলিবা পুম্নমাদি চেংলৌ মমিৎ কুপঙরদনা উনবি অক্রক্-চঙলে। পানগন ময়েং তানা সঙ্গ্রাম লানকম তেঞ্জোমংদা খুৎশু চৈথা লুপ্পা পাল্লুরবগী লানমী কনাগুম্বনা লানকম মীপা থোকঙমরে। মেঘবর্ণ পানগল মমিল্লকপদি তপ্পা চেংলৌ মিৎকুপ-মুমমদা চুলাই লেংদম তোংবা পুম্নমাগী লীরুং মথুৎশু মুম্না কিন্নুথিল চৈথা অমরক্তা নাকলু মোইফাং তেক্লা নোংমলহল্লে। রথ চুলাই তোংবা সক্ক্ষ মরিগুববু চুলাই মপুম্মত্তবু খাঙনা শমুং যম নিংথৌগী শমু মথুৎশ্নক্তা থবায় খুৎশিন্নথোকলে হায়দবরা? মেঘবর্ণ অথোবগী লানকম মথো অসিগুম্ববু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী থোইথোম লেংবা তিনবা লানশোক

কুম্মৈ রেংলবা খৈবিক্না মেঘবর্ণ কোলোয় মমিংথোংবু পন্না পন্না পানগন মতিক থাগৎপিখিরে। ভদ্রাবতি লাম্মী অথৌলিচা হেপ্না পুন্নমাদি থরায় মিরেন পায়না মদোম মদোম হুয়েল লাজেমখিরে। ঘটোৎকচ মপারী মেঘবর্ণ পানগল মপা। তাশ্বদি লানকম য়াইক মরাং কায়না যজ্ঞ মণ্ডব শাবু ভীম, বৃষকেতু অনিমাগী চেংলৌ মাঙদা-থা শমু মখুৎলোয়া পাউদমুরে। হে পম্থৌ ইপা। পোকপা ইপুরেন-ও! পায়মা লৌশিং থোইব-ও! থৌজাল নরলকুদগী লাঙ্গোই মণ্ডমশাবু শগোল খুঙা চল্লক্লে। হস্তিনা লৈবাক মুংঙাইবদা থিংলৌ নিঙ্না তেনা হুলবাইরসে। দেব নারায়ন থোইখোইবগা ধর্ম্মরাজা নিংথৌ-রেনগা অর্জ্জুন রায়না তেলহৈবগা অহুমমানাচিংনা হস্তিনা লৈবাক পুন্নমানা কোয়ৌ শুমিৎ শাংনা লানকম থৌরাং খীলে হায়না কোলোয় পাউমেমরিঙৈনে। অসুম রাৎমবদা ভীমবীর লৌশিং পুকনিং তপ্পনা মুখ মচিল মরি পানুবগুম পানগন মতিক থাগৎপিখিরে। হে দানব হিংচাবা মপারী! মেঘবর্ণ অথৌব-ও! শংলৌ নঙগী নথৌরাংনা থৌরম মতৌ অরুম্ববু পাণ্ডুরবশী ঐবু উন্বি মথৈ লৈতনা পুকনিং থোইনা হরাউ চণ্ড্লে। নঙগী লানশোক মতৌ অসিগুম্ববু ভাইবং নমু পোংওইবা পুন্নমানা তৌখিদরিয়ে। নদোম লানশোক সমক্র ইরেনপুংগুম্বদা চণ্ড্না লানফম বাশক কায়্হন্দা শগোল খুঙা চন্না পুরকপা অসিবু লেপ্না পানগন নতিক থণ্ড্লে। হয়েং মতম থোক্ল-খুদিংগী লানফম মতৌ অচিনবা খৈবিক্তুমুং পানগল চৈশৌ ওইনবা য়োন্দনা ভাইরোয়নঙৈ নহাকনে হায়না মেঘবর্ণ পানগন মতিক কয়া মরমু হন্না হন্না থাগৎপিখিয়ে। অসাইডৈগী সুবেগ যুবরাজ লানফম মরানুথোঙ্লোমদি লাঙ্গোই শগোল উদনা মাঙ্খিরবগী লানশোক থোয়মা মায়্ওনখিরবা খৈবিকপু থোম্না সুবেগ য়াইবি কলহৌ-নীক্ কপ্পাউ মথৈ লৈত লানশোক মাইওক য়ানা চেনশিন্নক্রবগা লৌরী তেংগপা-থোং তেনবি নোংজুনমা রায়রা তেলবাইরক্রবগী মাইকৈ মথোঙ্ তরামাবু চেংলৌ মিৎথোং মন্না খুমহৎলে। মালং নোংশিৎ চণ্ড্হন্দমা

মাইকৈ চিথেক মখবু মিৎয়েং শানখৈরবগী মেঘবর্ণ পানগনবনা চকথোম লমথৈ চাক্পগুম য়াইবি মপুং-হৌরকপবু উনা কর্ণ সেনাপতি মপারী বৃষকেতু পান্গন্বনা হে মেঘবর্ণ! লানফম নহৈরক্প-ও। নঙদি যজ্ঞ মঙমশাবু লৌরুবগী লানশোক অরা চঙ্লিঙৈনে। হৌজিক চেংলৌ মিৎকৃপমরমদি ঐগী লানফম ইথৌরাংবু উনবি পূকনিং তপ্পা মিৎয়েং শানখৈবিখো-ও। হন্দক হুয়েল লানশোক অসিদি লানফম ইথৌ ওইজগে গায়না পাউমেল্লবদা ভীমসেন পানগনবনা হে বৃষকেতু লানফম নহৈরক্প-ও! নঙ্গী কোলোয় নয়াথং অসিবু রারম অওকপা মহাকনে। লানফম থৌরাঙ্ থিন্দনা লানশোক মাইয়োক য়ানা হুয়েল লান্দান্শিল্লকপা অসিবু শমু খুৎনা ফংনা ফারুও। ভীম ঐবু লৈরিহৈদি পূকনিং শোঙক চঙ্ববু পুম্না লৈগুনো হায়না পাউমেল্লবগী বৃষকেতু পানগনবদি পন্থৌ মপাতোন ভীম লৌশিং পূকনিং তপ্পবু চাংজৌ চেপ্পা লোম্না পুরুম্লবগা য়াউরৌ শানিংথৌ নোংশা খাংনৌবনা খোয়মা নাপিরক্তগী লাঙ্গোই মোইশা-য়াবু শামু চঙ্না লাকে তান-চিনখিবহুগুম্ববু অচেন থংলৈ য়াঙ্না হুয়েল লান্দানচিনখিরে। লানফম বজ্রাউথোই মুখ মখা-চীক শয়েং পানবু-তিং হকশাং মতু-লিং চেংলৌ মমিৎ ঙাঙ্না মাইকৈ চিথেক মরিম'বু চিংনা য়েংলবগা লীরু খুত্তা পায় রায়রা তেনগা থোংনা তেনকাপ ফূইনা কাপ্লবগী লাঙ্গোই মোইশা-য়া কোরৌ নোংশাকোন পুম্নমাবু মকোক মালেম লয়্দা তানা ঈঙাঙ্ তুখুন চেল্লে। লানফম তেঙ্গেম্মুংনম্বুং শগোল শামু মশানা লৈখোম হনৈ থোক্হল্লে। শূপ্পা চেংলৌ তেন্থানাখবা খুদিংদা শিংলেন লাওই-তোংনা মপাল ঙাঙ্না শাবহুগুম্ববু লিরুং খোংজি-লং খুৎতুম ঈঙাং পক্পনা মনিমুক্তা থাম্ববু হেম্না লৈতেং চেংলৌ মিৎপু-লংনা ঙালহৌরে। লানফম য়াইদা লাংনা ঈঙাং থককেন হৌববু উনবি অপেন থিনা থকলঙৈনে হায়বগী য়াংলৈ লমহুই শারাইথৌগা লাঙ্ত্যা মীশা চাবগা অনিমাদি পুক্লিং হরাউ থোইনা চুকোই খোংলয়্ শাহোরে। বৃষকেতু পানগল মপা তাম্বদো পন্থৌ মপা শাৎমাবা কর্ণ লীশূ হৈবা

মহশাংগুমদে। বায়রা তেন্‌কাপ্‌ শোয়্‌রদে। খুৎশু পান্দম হৈরো পানবোম থোইনা লমকেংপা অদুনা কমুক্‌ মথুৎশু য়াইওইববু লীরুং খুত্তা পায়না বায়রা তেনকাপ্‌ অমরক্তা তেনবি চামা লিয়ি তেন্‌না-থোং সন্ধান পান্‌গা ভয়া কাপখিরবগী লোইদান থরাম্থাদা তাউজিং চুপ্পে, মুম্থোইবনা পাযেল উত্তোম্থক্তা লৈফদনা মালেম লমদা তারকপ-তুগুমবু ভদ্রাবতি লাম্মী অথৌলিচা হেপ্পা পুম্নমাদি তেনবাল অনা চৈরোয়ননা গুম্না, মালেম লমদা তুখিরে। য়াউরৌ শানিংথৌ শারেন নোংশা থাংনৌবগুম থোইনা পানগল মণ্ডাল চাউবা বৃষকেতু লানফম মহৈরকপা অদুনা বায়রা তেনকাপ খুদিং নোংশা লাম্লাউখোনগুম খোঞ্জেল নোংথাক চৈরোয়্‌ননা বাযরা তেলবাইখিরবগী লাঙ্গোই মোইশা-য়াগী শামু মরাইবক কাতি লাংশোই শায়ন্‌কম্‌ নাপোম অহোম্বদা বায়রা তেম্না থারবগী লাঙ্গোই লুরেন কায়্‌না নোংমলৎলে। লানমী মীয়াম পৈরিবা খৈবিকপুম্নং নাকলু মোইকাং শেৎনা থরায় নিনমাঙ্‌নহল্লে। কোয়ৌ নোংশাকানবুম্নং লাঙ্গোই মথোঙ মরিমাগা য়াউনা শগোল লুরেনতোনগা ককথৎলে। তুলাই মথুনেৎকী লৈত্তং পোৎলোই পুম্নমাম্নং শীঙ্‌বী থারোন পৈগুম য়ানথাইরে। বৃষকেতু লানফম মথোক্লকপগী লানশোক মতৌ অরুম্বা অদুবু চেংলৌ মিৎ-থিৎলৎদা লাম্মী মাইয়োক য়ানা লৈঙম্বা খৈবিক্তো মাইকৈ চিথেক মরিমাদা থরই লাইথংলনা মিপাই হুক্‌চৈমখিরে। মতৌ পান্দম অমদি য়াউরৌ শানিংথৌ শারেন নোংশা থাংনৌববু উরবগা লঙ্গোই মোইশা-য়া লম্‌শা হাম্বোইবশিংনা শামু লুতোন হাইনা চেনখিবগুম চীংঙ্‌ বাসুদেব থোইখোইববু পুক্লিং থাদোকলৈতনা নিঙশীংজরবগা পাপ মপৈ য়াম্বা খৈবিক্লা লৈঙমদনা চেনখিবতুগুম্না লানমী মপৈ য়াম্না লৈঙম্বা পুম্নমাদি নিঙ্‌তে হলবাই য়েংলমদনা চেমখিরে। হুয়েল লাম্থোং কায়রে হায়ববু খোংলোয় মপাউমেন্দগী নাতারবদা যৌবনাশ নিংথৌ পানগনবদি কঞ্জাউ মথৈ ফংনা য়াইবি মসুং হৌরবদা হুয়েল লানশোকফমগী কিরোয় লমঙান্‌বা চোয়নৌ লুহুপ মঙামাই কুন্দর

মমাশিবু মায়ান্ চেংলৌ মিৎপু-লং মপুগ খোঙশা-খোল তান্চপ্ নুংশী মঙাম্লাইনা পুম্নুং লানশোৎ খোল্লবদা যৌবনাশ নিংথৌরেন্দি বৃষকেতু অকম্পবু হুয়েল লানশোক্লগে হায়বগী খুৎলাই মঙাম্লাই বাংলেম মমাঙ-থৌ বেম্নুবাংকায় মনিম্লাই লাশ্মী মথিফোংনা হুয়েল লানশোককম্বু ইন্দাম্লকলে। লানকম মাইয়োক চঙ্না শোক্লরুববু বৃষকেতু অথৌবগী লানশোক মতৌ অরূবা থাখী মৈনোং খোংগুম্বা অদুবু চেংলৌ মিৎথিৎলবদা যৌবনাশ নিংথৌমেন্দি শোঙ্কি মথৈকংনা পূকনিং নুংথং চঙলে। নমু মীরৈবাক-চা লানশোক ঙমকদবা অহুমমা অসিবু পানগল মতৌ করম্বনো। যম কাল কণ্ডবনা তাইবং নমু পোংবু ওইনা লাকপবু ওইরগবরা? হকশাং পানগল মঙাল চাউরে। চুক্তজন লমকেৎপবু মায়ে। নমু পোংবুম অমত্তনা চুলাই লেংবম তোংবা লিশিং মরিবু লানশোক মমাঙ থাঙ্দনা ঙম্লবগা কোয়ৌ মোংলাকোনবু থৌরাং মতৌ থঙ্লৌদনা মদোম শমু মখুৎপাক্তা থুম্না মুনথোকখিরে। তাইবং নমু পোংদি মান্দরে। চীংঙ্ নোংথৌ সরারেনবু নরিঙৈনে হায়না নিঙ্লে। যৌবনাস নিংথৌরেম্মা অসুম নিঙ্থল্লিঙৈদা ভীমসেন অকনবনা বৃষকেতু অথৌবদা পাউমেনখিরে।

হে ইপাগী বৃষকেতু অকনবা! নঙবু লানশোক লাম্নংলরিঙৈনে। চেংলৌ মিৎকুপ্মরমদবু অরা পোথাখি-ও হায়না পাউমেনববু নাতা-রবদা বৃষসেন অকন্বনা হে পম্থৌ ইপাতোন ভীমবীর পানগন্ব-ও! লানমী মরাম পৈবা লানকম মাইয়োক শোন্বা অসিশিংদা মতুং লিশিং শুবা পদা নখূৎশূগী থেঙ্গু মতিক ওইদরি। পানগল নপা-নবম্নং থোক্তরিরে মুংঙাই কাম্ব চেৎনা কপ্পিখিরো। লানশোক ঐনা ঙমজম্বগা লানফম মাইক রাজুম পনথৌ নখোঙ্থাদা কৎচরগে হায়না পাউমেনববু নাতারবদা ভীমসেন পান্গন্বনা পাউথুমখিরে। হে বৃষকেতু পান্গল্ব-ও! লানকম হন্দকনোং অসিবু লানশোক অশিশাদি ওইররোই। যৌবনাশ থুননিংথৌবু রাউরক্লবনিগীনা লানকম মৈ হৈথগুম্বা লানশোক অচৌবা মহাকপু মওইরঙৈনে। পূকনিং

লাইরেক চনকয়োই। হয়েন নখোয়না লানশোক্লরিবসিনদি উনখি ঐগী পূকনিং পেন্সরে। কোয়ৌ মুখিৎ য়াম্না মচঙ্খিরঙেনে। ভীম ঐবু য়াঙ্না লানশোক অঙম্ভান কোয়ৌ নোংশাকোনবু লৌনা কৃষ্ণ ধর্ম্ম ঙথোইবা অনিমাগী মমাঙ শংশংববু ভান্না চিংলসে। ইপাগী ইনোংয়াই নবিংঙাগী পানগল নথৌরাং লানকম শোক্ল-বা পূম্নমাবু কৃষ্ণ ধর্ম্ম থোইথোইবা অনিমাদা লানকম মথং শীন্না পাউদমবিগে হায়না পাউমেল্লবগা ভীমসেন পানগনবদি উনবি চৈরৎ লৈতনা মচঙখিরবগী বৃষকেতু পানগনবনা হে পম্বৌ ইপাতোন। ভীমসেন অকনব-ও। লান্তান নঙ্না উনবি চৈরৎ লৈতনা মচঙ্খিবা অসিবু নঙুরিয়ে। নপাগী ঐনচুম য়াথং নপাউমেন্দগী তেঙ্গোল লানবুমমা অসিগা ঙাইরোয়ননা শোক্লরিয়ে। খোয়মা ইমায় ওনববু লৈতরিঙেনা পনখৌ নঙ্না শোক্লরবদি নচা নঙ্না পোকপগী মোমনু তালোয় মরুম্বী নমৌ শোকফদবী মহাকপু মুম্না পুখিবচুগুম্ববু কোলোয় মিংথি ওইনবা কায়গী লানশোক ইমাঙ্ থৎনা মুনখিগে হায়রিবনো। থৌরম ওম্ন-তৈনবা অসিবু ভৌবিগুনো। ধর্ম্ম লাইরমলেন্দা কায়রু-রগনে। নপাগী ঐতুম লানফম ইমায় ওন্দনা শোক্লরুগে। যৌবনাশ নিংথৌরেনগী তেঙ্গাল মীয়াম পৈবা অসিবু লানশোক খুনঙম্ থীনা নোইহৎলুগে। তাঙজা মাখোয়গী লুয়েনতোনবু হয়রাং থোইনা মুন্নব-শিংনা তাউজিং ময়োং কেনগুম মালেম লয়্মায়থক্তা তাহল্লুগে। বাগয়া তেনকাপ খুদিংদা তাঙজা মকোক তুপথৎপবু পামেল উনা অকংবনা মালং মমাঙ লেপঙমদনা লংনা লংনা লয়বচুগুম্ববু চেংলৌ নমিৎ থিৎনা উহনগে। পানগন ইথৌ করি বাৎয়ে হায়বগী তৌ-শিকনো। হে পম্বৌ ইপাতোন-ও। পূকনিং অথা কায়বা অসিবু ঙাকপিখিয়ো হায়না পাউমেনববু নাতায়বদা ভীমবীর অকন্বগী লানফম পূকনিং অয়িনবদো উন্বি নীঙনা তেনা চৈরৎখিরবগী কর্ণ পানগনবগী মপাগী বৃষকেতু অথৌবনা পম্বৌ মপাতোন ভীমসেন পানগনববু চম্না চম্না পুরুম্লবগা নোংশা শায়াইথৌনা লাঙ্গোই মোইশা-

য়াবু উয়বগা নোংশা মথি মাইনা তানচিনখিবদুগুম্ববু লানফম মাঙ্‌দা থানা চঙ্‌খিয়ে। লীয়ী থবোয়-তিং বায়য়া শেঙম থোংনা তেনরাই-রুয়বগী হকশাং পানগল থোইবা লানমী মাংওই লেপ্পশিংবু পুন্নুং চংবী লফু তুপকুম নমু মীপূম চাম্ম চাম্ম শুনা মালেম লয়্‌দা তানা তুহল্লে। লানমী মশীং থিঙমদনা নোংমল্লবগী বায়রা তেনকাপ তুপ্‌-থৎখোন্দো পুন্নুং ইংখোললেন চংবী লায়াম্লকা :য়াংয়াম ফুইনা তাগুময়ে। লাঙ্গোই মোইশায়া হক্‌চাউবশিংগী লাইবক .থনলাই থোংবু থুগায়-য়বগা গজমুক্তা য়াইওইবা মহাকপু তপ্পা তপ্পা লৌজেময়ে। মতৌ পান্দম্লবদি চানানলাংগী মোইবা পাংমেল উয়াইশি অকংবগী উয়ং মরোল য়াম্ববু থাম্বী মৈমাঙ থানা চাকশিনখিবদুগুমলে। লাম্মী মশীঙ থিঙমদনা নোংমনবা অদুবু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী যৌবনাশ নিংথৌ-রেন্দি কঞ্জাউ মথৈ লৈতনা লাঙ্গোই শামুথক্তা তোংখৎলে। লীরুং থুন্তা পায়না বৃষকেতু অথোবগী লানফম য়ায়দা লেপ্পা পাউমেনঙময়ে। হে বৃষকেতু নাবা অখুব-ও! নিংথৌ ঐদি লাঙ্গোই শামুথক্তা তোংলকয়ে। নঙ্‌দি মালেম লয়দা লেপ্পা করম হুয়েল লানশোক্লগে হায়বনো? অসুম পাউমেল্লবদা বৃষকেতু মথোক্লক্‌পনা কোলোয় পাউথুম্লককে তৌবগী য়ারম অয়াম্বদি অধ্যায় মথংমদা হায়্রক্‌কঙেনে।

---

## অনিশুবা অধ্যায়

হ মহাভারত অথোইবগী পুণ্য মরম পুন্নমা অসিবু ভক্তি পূকনিং লেপ্পা নাতাউ-ও। মুক্তি মুংঙাই কম্বিরেনবু তানকংঙৈনে। অশ্বমেধ মহাযজ্ঞ অথোইবা অসিবু তেংথা মীয়োল ওইনা সচ্চিদরসেন মপারী গঙ্গাদাস অহৈবনা বারম মতাঙ্ শপ্পা লেংলমশৈনে॥

মুংশি লয়দা ভারবশিংবু লোয়্না মরূপ ওইবিবা মাধব শ্রীকৃষ্ণ অথোইববু গঙ্গাদাস কৌবা ঐনা পরেং লমদাং থিনা লেংশিনজরককে। নমু মীয়াম কম্না নাতারিবশিং ও! বারম পরেং চানববু লৌবি-শুনো। নমু মী মপঙ অপঙ্বশিংনা খোংবাল লাইজা ইনমথিবু লৌরুরগা শালিগ্রাম স্নান শানদেংম্নিবু ওইরবদি সাধু মীওই চঙ্-খোনবশিংনদি চরনামৃত অথোইবনে হায়না পূকনিং হরাঙ্ঘোইনা থুংলুবগুম লেংজ পরেং থোক্তবগুম্বা অসিবু মহাভারত অথোইবনে হায়না পূকনিং থন্জিল থোইনা ঙাকপি-ও। অসাইঙৈগী যৌবনাশ নিংথৌরেনগী য়াথং মপাউমেন অদুবু নাতারবদা বৃষকেতু লানফম মহৈরকপনা কঙাউ মথৈ ফংনা পাউথুম্লকয়ে।

হে নিংথৌ অথোইব-ও। কোলোয় নম্নাথং য়াথং ওকমন্দবশিংবু ইমাঙ শংশংবা অসিদা য়াথং করি পাউমেল্লিবনো? বারম অমা অমা ওইরবস্নুং পানগল ঐগী ইথ্রৌনাবু হৌজিক মতম অসিদা নিংথৌ নঙনা চেংলৌ নমিৎ থিৎনা থঙৈঙনে। চীংঙু নোংথৌ সন্নারেন মহাক্নবু নিংথৌ নঙ্গী মীচং পানগল ওইরবস্নুং লান্ফম হন্দকনোং অসিদদি লানশোক ঐবু ঙমহল্লরোই হায়না পাউমেনববু নাতারবদা যৌবনাশ নিংথৌরেম্না পাউথুম্লকয়ে।

হে নাবা অথুব-ও। নঙবু পানগল মঙাল চাউবা কনাগী মপা-ম্নীনো? কোলোয় নমিংথোংম্ন করি কৌবনো? শাগৈ মচেংপাচা-

মাঙ্গং করম্নো? লৈবাক অভাম্বা কদায়দগী লানফম নত্তিক মত্তনা লাক্লবনো? নশক অরেপ্পবু য়াঙ্না শান্থঙ্হল্ ও হায়না পাউহংববু নাতারবদা বৃষকেতু পানগল মথোক্লকপনা পাউথুম্নকয়ে।

হে নিংথৌ লৈমাবা-ও। উনবি পুকনিং তপ্পা ন:তাউ-ও। ঐগী শাগৈরেন্দি কাশ্যপ মুনিয়েনগী মচেংপাচামাদনে। পম্থৌ ইপা পোকপা ইপুরেন্দি সূর্য্য থবি শেঙ্গোটরেম্নে। তাইবং নোংশাপাল অসিদা পিজ পাম্মুদে। পি-ন হনয়েংদে। থৌরম লৈবা খৈবিক্তা পুকমিং মতুং ইন্না মপাঙয়ে। পানগল মপা তাম্বা কর্ণ সেনাপতি অথোক্টবগী মপারী বৃষকেতু লানশোক ঙমকদবা হায়বদি ঐনে। দ্রৌপদি অচুম্বীবু চেংলৌ মায়থি নংহল্লবগী ভারত যুদ্ধ অচৌবদা পম্থৌ ঐগী শাৎমাববু লানশোক মাইয়োক য়ানা নোংমনখিরে। য়ারম অতুগী দমকপু মহাপাপচাউ কোক্লবা যজ্ঞ মণ্ডম তৌনগে হায়রগী যৌবনাশ নরৈবাক্তা লাঙ্গোই শগোল লৌগে লাকপনে। হে যৌবনাশ খুননিংথৌ-ও নঙ্দি লাঙ্গোই শামু তোংও। নাবা ইথোক্লকপা ঐদি মালেম লয়দা লেপ্পা শোক্লসে। অসুব হুয়েল লানশোক্লবদা খোয়মা নমায় ওম্না চেনখিগ্ন:না। য়াথং অহানবদা য়ারম থাজ্জ-শেংনা হায়রক্কে। বৃষকেতু কৌবা ঐবু নিংথৌ নঙনা চেংলৌ মিৎ-থিৎপদি অাদি খুনলাই নিংথৌরেন মহাকনে হায়না পায়মা নপুক্লংদা উনবি খোয়খৈ তানা থঙজোও। হায়না পাউমেনবু যৌবনাশ নিংথৌরেম্না নাতারবগী য়াহমলকয়ে।

হে বৃষকেতু কৌবা নঙবু মুমিৎ শাগৈরেন্দা নাউনৌয়ে হায়রবদি য়াইক মথোই তোংবা নহাকনে। তৌয়িগুম নাবা নভৌ য়েংববু নভৌ থোইনা মেঙয়ে। কোল্লোয় নয়াথংমং নিঙথিয়ে। লাংইহে কুমশিংমং লৌরিবনিগীনা নাবা নঙবু য়াইবি থবায় হাৎনিংদে। কৈবা তান্দ থোংনদুম থৌজাল লাঙ্গোনবিনিংয়ে। নিংথৌ ঐগী হকশাং পাঙ্গল তিংনা য়ায়রা তেলবাইরকপবু নাবা নতিক নম্ভনা করম থাজ্জ হায়বনো? য়ায়রা থোইনা থৌয়ে। কোয়ৌ নোংমীঙ্জংবু

পান্দবা তেরে। মথম অসিগী দমকপু থাম্বা মতেমচাবু লানা কাপ্চখৌ হায়না পাউথোকবু মাতামবদা বৃষকেতু অকনবা লোনা লোনা থাদুকরে।

হে নিংথৌ মৈথাবা-ও। মতিক মহোম্মবু মদোম থাগৎচরিবা অসিবু তাওদা ইকাইদনা করিগী পাউমেল্লিবনো? মদোম কোন্নোর নীপল থাংনা পাউমেল্লিবা অসিনদি থৌরম অরাখদা পাওলরোইরে। বৃষকেতু ঐখুদি নাবা অখুবনে হায়না পাউবেনরে। নিংথৌ মঙ্গলচুম লৌশিং থাৎরে। করিগী উনবি পুকনিং ওল্লিবনো। চেংলৌ থিৎনা উনা মথওলো। হুলাই লিশিং মরিনচিংলিবা লানমী মথৌং থীওমদবা অসিবু পাক্কল কনাওবনা থাওহল্লগথনো অসুম পাউনোক্লবদা থৌবনাশ নিংথৌ পাক্কনবদি লম্মে মমাও হোওগ য়াইবি কলহৌ মীয়া কন্নাউ থাওওইমরকলে। লৈরুং শমু খুত্তা-পায় লৈমী থোক্লেল ভিংলবগা মৈরী নতম মানওবা তেনবি মপুম তম্বেৎতংবু থায়না পেক্কমথোংনা কাপখিববু তেনবি মথনা মৈরীখোক অত্যা মোংলোহক্তা পোনবি চেরা পাইবওম খওলোদনা চওখিরবগী বৃষকেতু মথোক্লকপগী থায়বা তেনবাইগে হায়না শমু খুৎতা পায়ওবা লৈরুং খুপু ককথৎলুরে। তেনবি থোইনা থৌনা কুম্ভাদংনস্থং থায়বা মমকাপ মমকাপনা বৃষকেতু অথৌবগী উনবি থমুংথিৎ মালেম লয়কাউ তুনা পালহলে। তাওজা মরুতোনস্থং ককথৎকে হায়না অর্দ্ধচন্দ্র কৌবা থাজ কোজায় মানবা থায়বা তেনবুম্মা কাপলকপবু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী বৃষকেতু অথৌবনা থায়বা চক্রপাথা অমবু মৌবমাশ নিংথৌমেনগী থমোয় মমায়মেন্দা থারুজূনো। হায়বগী লকা তেনমৈচপ লৈচিং মাংকোং কংনা থায়বা তেনবাইখিববু নিংথৌ থায়বা মখুৎশূ থাজ কোজায় থাববু অত্যা মোংলোহক্তা ককথৎলবগী নিংথৌ য়াইবি কলহৌমীক কন্নাউ মথৈ কংনা থায়বা তেনবুম তক্লকওংবু তেনবি নমকাপখিবনা বৃষসেন লৈরুং মখুৎশূ মহাক্তা তেম্বোং মনমথাওগা অনিমাবু ককথোক্লে। বৃষকেতু মহকথাংলস্থং থায়বা তেমা থায়বগী শমু মহকথাংদো উচাং

লৈতেংলরে। তাউদনবা মুনিৎ মচু মানগুম হকচাং থোইনা ও-ওয়ে। ঝায়রা তেনজিন চউখিবনা শমু মহকশাংবু কাউনা থায়বা মহাক্তিবু পূকনিং অয়া লৈরুদনা মতিক মতিক থোইনা কজাউত্তি মাঙওইর্দরকলে। ঝায়রা তেনকাপ থুদিংদা তেনবি চাম্মা-চাম্মা থোক্ল। চীংস্থং লোংথাং-শুম ফূইনা ঝ য়রা লোংজুনরবগী খঞ্জা। লোংলোন-থন্ মুনিৎ থোঙ-লেন-লুম্না মাইকৈ মরিমাবু চেংলৌ থিংথোং ময়া উদরে। লৈচিন শীকা উপকুম ঝায়রা তেনগী মশক য়াংঙাপুনগাইরে; থাম্বী থৈগী মতিকপু পুম্নিবা ঝায়রা তেনবুমমান্নং কাপখিবনা নিংথৌ থম্মোর অখিবদা পাল্লুরে। লানকম শোক্লকমগী মালেম লৈবাক পূম্বা মহাকপু থাম্বী থৈগী মশকপু মওইরে।

কোরৌ লোংশাকোন লাঙ্গোই মোইশা-য়া, থোঙমী মরোল য়াথা, ছুলাই লেংদম-তোংবা, চৈরৈ ফিরাল, থুৎশু থুৎলাই পুম্নমাবু থাম্বী থৈনা চাকলে। নিংথৌ মহকশাংফস্থং ঝায়রা তেনয়াম পাল্লবগী যৌবনাশ নিংথৌরেন্দি কঙাউ মথৈ লৈতনা ছুলাই লেংদমথঙ্গা তোংথৎলবগা লাইজা। ঈশিং তেনবু কাপ্লরবদা মাইকৈ মথোঙ পুম্নমাবু ঈশিং তমলেন চাউরে। লোংলোন চাইজি তেনগী মরক্তা নুংদুম মতম কাবা মশেম্নবু য়াংথল লেনহৈথগুমলে। হয়েল লানশোক অন্থবু ইনুং শোয়রাইমাগুম মাইকৈ মথোঙ থওহন্দনা মমবগী বৃষকেতু অকনবনা ঝায়রা চক্র-শাবা য়ালং লোংশিৎ তেনবু কাপ্লবগী লোংলেন চাইজি তেনবু মাঙহল্লে।

মুনিৎ মথোঙ-হাংনা মাইকৈ মথোঙ পুম্নমাবু তাল্লবদা যৌব-নাশ নিংথৌরেন্দি কজাউত্তি মথৈ লৈতনা য়োইময়াই তাউদনবগী মুনিৎ মতিক লৈবা ঝায়রা তেনবুমমা কাপখিবু তেনবি মণ্ডাল অমাবনা হয়েল লানশোককম অন্থুদা য়োইময়াই তাউদনবা মুনিৎ মপুম্না চণ্ডকপঙ্ক্তুগুমলে। তেনবি মণ্ডাল অমাবনা হয়েল লানশোককম অদো মালেম লৈকক থোক্লা কংথল্লে। পালেন উ-বা থোয়মা মাপি শৈৎবী

পুম্নমাক্নুং লিনফূ ময়া কংনা, কংলবদা হুমিৎ মশূক ওইবা বায়য়া তেনবি অদুনা বৃষকেতু অকনবগী থমোয় অথিবদা থারবনিগীনা মালেম লয়মায়থক্তা ভুথিববু ভীম অকনবনা চেংলো মিৎথিৎলবগী থাম্বী মৈচাক-মুংদা শঙ্গোম ঘী হৈজিন্‌বহুগুমলে। ভীম ঐনা ইমাগু শুং-শংবদা বৃষকেতু অথৌবনা হুয়েল লানশোকফম অসিদা অমন থমলৈ কুম্না নোংমনখিয়বদি হয়েং ধর্মরাজ যুধিষ্ঠির নিংথৌনচিংনা পলেম কুন্তি অচুম্বীগা পার্থ তেলহৈবগা দ্রৌপদি অহেনবীস্নং সহদেব য়াইম্বা নকুল অতোনবগা মখোয় অসি খৈবিক্লা ফত্ত বারম থেংক্লা পাউ-মেনগুমহৈঙনে। ভগবন্ত ঈশ্বর মপুরেমন্নুং ইকাই মীগাগু শেন্না ইম্থোক-গুমহৈঙনে। বৃষসেন অকনবগী য়াইবী থবায় গাকপবু গুমদনা হস্তিনা লৈপাক মুংগাইবদা তাগজা ইকাই পুনা করম চগুখিসিবনো। হায়না হম্না হম। খল্লুরবগী পাঙ্গল মতিক মতিক হেম্না পুক্নিং কঙ্গাউ-থোই থেঙ্গূ মথূৎশূবু পায়না হুয়েল লানশোক ময়ায়য়েন্দা চগুখিয়ে। থেঙ্গূ মথূৎশূ মহাক্তি মশুং লিশিং শুইয়ে। মওং লাঙ্গোই শামু মনা-তোনগুম নিংথি পুকনিং গুকয়ে। থেঙ্গূ য়াইওইবা অদুগী চৈথা অরুম্বদি লৈখিশুনো। থেঙ্গূ মতৌ উরিহৈনা লাম্মী মীয়াম পৈনা লৈগুম্বা খৈবিক্তো থবায় মাখোয়গী মমিয়েম্না শমু মহকশাংদা পকশিদে। থবায় শিয়েন পায়না শোগকিনবা থেঙ্গূ মথূৎশূ অদুবু শমু খুত্তা পায়না নোংশা মতম মানগুম লানফম য়ায়দা লাংনা তানশিনখিববু ভীম অকনবগী শউম মতৌ ওম্থোকপা লাম্তাল চৈয়ৎ লৈতনা ইন-শিল্লকপা অদুবু উরবগা লানমী ময়োল য়াম্বা চুলাই লেংদম তোংবা লাঙ্গোই শঙ্গোল তোংবা মোইশা-য়া খুনেৎনব। পুম্নমাদি য়াইবি থবায় হিংনবা মাইকৈ চিথেক মরিমাদা থবায় শিয়েল পায়না চেম্ন-খিয়ে। অদুম হুয়েল লাঙ্গেলিহৈগু মহাক্তা থেঙ্গূ চৈথাখোম্না হানজিল্লক্রবগী লাঙ্গোই শগোল শামু লাম্মী চুলাই পুম্নমাদো লানফম ময়ায়য়েন্দা মালেম লয়দা ওম্না তুংগলে। ভীম অকনবগী শউম পাঙ্গল থোইনা ইনশিল্লকপদি মালং নোংশিৎ অকনবনা পামেল উয়াম তেক্লা

হুমদেকপন্থগুমলে। শায়েগ মেৎলম-ওইরুম শমু মাঙ্লম তুংলম লৈঙ্ঘা থৈবিকপু মত্যা নোংলোম্বকা শয়েং পানগা-লাক শমু খুদোল প'য়না লংথোক্লে। পামেল উমং অকংবু খাম্বী মৈনা ফংবগুমলে লাঙ্গোই মোইশা-য়ানা থম্বাল লাকোল চাইখাইবদুগুম নোইহৎ খুদুম চম্না থুখাইরে চায়দবরা? লাম্মী মাঙদা থানা লৈঙবা পুম্নমাদো মশা লৈখোম ওইনা ঈঙাং তুখুন চেল্লে যুগ্নি নমু মীশা চাবিন্নচিংনা লাঙত্যা লমছুই পুম্নমানা হয়াউ মথৈ লৈতনা ঙাইখমলে। সমুদ্র ইরেনপুঙগী ইথক মিৎপু লংবু পুকনিং খুদুম চম্না থোথামঙম্দবদু-গুম্নবগী যৌবনাশ নিংথৌরেন্দি লানশোক মাইয়োক য়াঙমদা তাঙজা উকাই পুনা চেংলৌ মমায় থিরবগী নিংথৌ মপারী সুবেগ যুবরাজ অহনবনা কঞ্জাউ মথৈ লৈতনা থাম্বী মৈরী লাম্বগুম য়াইবি থবায় কাউনা ইনশিল্লক্লে। সুবেগ লমকেৎপদি ভীমসেন পানগনবগী লানফম মাইয়োক লেপ্না পাউমেল্লুইয়ে।

হে ভীমসেন অকনব-ও! অসি হুয়েল লানশোক অসিদদি উনবি পুক্নিং তপ্না থঙ্জোও। পাঙ্গল ইবিঙাগী ইতিক থঙনইঙেলে। নিংথৌ মপারী সুবেগ যুবরাজ কৌববু ঐরে। সুবেগ ঐবু চেংলৌ ইশক উরবগা অকি পুকনিং চঙ্বদুম তৌগুনো। চেংলৌ ইশক উদগিদৈ, নাপল ময়াই-কা লাম্মী মীয়াম হাৎনা নোংমল্লনবা অসিবু লমচৎ মতৌ করম্বনো? থৌরম মতৌ অমসুং পানগল নথোক্লকপা নঙ্গ পঙ্থৌ ইপা ইবুংঙো যৌবনাশ হমু ময়াই কারবগা হুয়েল লান-শোক্লবা অসিদা ধর্ম্ম লাইরমলেম করম্বদা লৈরিবনো। হৌজিক মতম অসিদা সুবেগ ঐগী পাঙ্গল ইতিক অচৌববু থঙ্হল্লগে। থবায় নমিরেনবু পাম্মুববদি নরান লোনমুম য়ায়বু য়াঙ্না ইন্দানখিরো। সুবেগ ইমাঙ শংশংবদদি চৌংঙু নোংথৌ সত্রারেন মহাক্লসুং থাঙ্গমদে। পাঙ্গল কয়ামরুম্নু ওইজবগী লানশোক ইমাঙ থাঙ্গে হারবনো হারনা পাণ্ডবেনববু লাতারবদা ভীম অকনরদি মচিন খোমোন খোজা পাঙ্খুমকয়ে।

হে সুবেগ নাৱা অথুব-ও। লৌশিং থিজিক্তবু নঙাইরিবা নঙ-গুম্বনা য়াথং নত্তিক নঙববু কৱিগী পাউৎমেল্লিবনো? নরৈবাক মুঙাইবা অসিদা শায়েন নোংশা খাংনৌবা অহুমদংবু লাকলে হায়ববু খঙদবরা? সুবেগ নঙদুম য়াইথি থৱায় মাঙনা নোংমৈ-দরবদি নরান লোনয়ুময়ারবু য়াঙনা ইন্দানখিরো। থিঙকৌ নিঙনা তেনা হলরাইরোই হায়রবদি যম মরানয়াইদা য়েন্দনা মচৎকৈহনে। নঙনা য়াইথি থৱায় শিথিবগী পলেম নমা পোকমাবীনা য়াৱা খোঞ্জেল লাউনা মীকপ্পবু থীন্দরে। পম্মো নঙবু পোকপা মহাক্তংসুং থৱায় নোংদা-কানা চেনখিরে। হুয়েল ইরালথাক্কী মপাম্মী মংগুম্বনা নাপল ময়াই-কা তাঙজা ঈকাই নমদা হুম্না কৱিগী পাউমেল্লিবনো হায়না রাহম্বু নাভাৱবদা সুবেগ যুবরাজ অকনবদি বঞ্জাউ মৈরা থেক্লা লীরুং খুত্তা পায় লীরী খোনচেল-তিং লকা তেনমৈ-চপ তেনবি চাম্মা চাম্মা শুনা রায়রা তেলরাইরকলে। মাইকৈ চিথেক মরিমা মহাকপু মম্না রায়রা তেনগী মশক রাংঙাপু নাঙাইরে। তেনবি মপৈ মপৈ য়াম্না কাপ্পকপদো পোনবি চেকয়াম পৈবদুগুমরে। অম্সুম রয়রা তেলরাইরকপশিং কদুনা ভীম মককশাংদা পাল্লুরবগী তেনবাল চৈথা-খোল অনাবা কদুনা ভীম পাঙ্গনবদি থাম্বী মৈরীতোনগুম পুক্লিং মথি নাইরক্লে। থেঙ্গু খুত্ত-পায় লাস্তান চৈরৎ লৈতনা তানশিনখিরবগী লাম্মী মীয়াম লৈঙম্বা খৈবিক্লা পাউমেম্মেয়ে।

নিংথৌ মপাম্মী সুবেগ যুবরাজ অসিদি হন্দক হুয়েল লানশোকফম অসিদা য়েন্দনা নোংমল্লৈঙেনে হয়না লানমী মশীং থিঙমদবা পুম্ন-মাদি থৱায় নোংদা-কানা হুয়েল লাঞ্জেম্নখিরে হায়দবরা?

ভীমসেন অকনবদি উন্থি চৈরৎ লৈতনা শম্বেং পানবু-তিং থেঙ্গু খুত্তা-শূনা সুবেগ তাঙজা ময়াইবক্তা থারুরবগী থেঙ্গু চৈথাখোল অনাবনা তাঙজা কোকয়ি-কা উনবি পুকনিং ঙম্লা লৈরমল্লুরগা সুবেগ থঙ্গ মথুৎশূবু শমু খুত্তা পায়না ভীম মাইয়োক য়ানা শোক্লরে।

থেঙ্কু মশেন ৱৈনরে। ভীম পাঙ্গলবগী থেঙ্কু মখুৎশূনা নিংথৌ মপান্নীগী পুকনোপ খোয়কম-য়ায়দনা থারুগীকরে। সুবেগ থেঙ্কু মখুৎশূনা ভীম অকনবগী থবাক লেংয়ান্-লমদা মৈরুরবগী লানকম মমায় ওয়বনা অনিমাদো শমু মহক মহকশাংবু য়োইহন্দনা থেঙ্কু মশেন থেংনবগী কোরৌ নোংথাকখোনগুম লৈবাক পুম্না নীকরে। থেঙ্কু মহৈ শোয়নদে। লানশোক মভৌ মায়েরে। লানশোক কনানা য়াইথিরে হায়ববু পুকনিং থাওৈথ খেংনা শানথঙ্ ভমদরে। চেংলৌ মিৎকুপ মরমদি অত্যা নোংলোম্বক্তা চাংথংরে। লানশোক মভৌ অমরকসুং মালেম লয়মায়থক্তা লাক্লরম্বদগী সুবেগ য়ুবরাজ অহনবদি চুলাই মখুৎনেৎতা ভোংথৎলবগা রায়রা মখুৎশূবু ভেরবি নোংজুননা কাপহীকলে।

ভীম অথৌবদি থেঙ্কু মখুৎশূ রাংঙানা সুবেগ চুলাই মখুৎনেৎপু য়ৈথেক্লে। চুলাই মখুৎনেৎ অচুবু লৈতরবদা শমু খুৎনা কংনা লাক্লহীকলে। পাঙ্গল মঙাল চাউবা অনিমাদো শমু মহকশাং মশেনবু য়েৎনরে। অত্যা নোংলোনথক্তা লংহৎনা মালেম লৈমায়থক্তা তাহৎননা খুৎতুম মশেন ৱৈনরে। কিঞ্জাউ মশেল থিম্নরে। পাম্না মপুক মশেল থেংনৈরে। থবাক লেংয়ান মশেল ভানৈরে। খুজিল মশেনবু খোৎনৈরে। শমু মখুদোন মশেল কাউনৈরে। তাওজা মরাইবক মশেল য়াইনৈরে। লানশোক অসুম তৌনা শোক্লববু লানকম মমায় ওয়দবা অনিমাগী শমু মহকশাংদো বসন্ত শিঙলেন লৈপাম্বদা লৈরাং নাওইতোংনা মপাল ভাঙনা শাবচুঙমববু ঈতাং লৈভেং ওইনরে। ভীম সুবেগ অনিমাগী হুয়েল লানশোক্লবা অদিদি অসুম লৈজখল্লখিগে।

অসাইতৈগী হুয়েল লানথোং অমরোমদা মালেম লয়দা তুনা রাম্বরিবা বৃষকেতু অথৌবদো উন্‌বি লৈনিঙশিংন খোগৎলবগা কঞ্জাউ মথৈ লৈতনা হুয়েল লানশোক-কমদা চেনশিনথিরবগা কোরৌ

লোংশীংজংগুবা বাহ্নবা মথুংশুংবু লৌরী তেনগা-থোং লকা তেম্মবৈ চপ্না বায়বা তেনবাইখিববু যৌবনাশ নিংথৌরেনগী থমোয় অথীবদা থাক্লবগী ময়া ঈতোং ওনা রাম্ফখিরে। মালেম লয়দা ওয়া তুখিরবদা তেঙ্গোল লানশোক্লংদা পৈশিবা লাক্মী পুম্নমাদো "কে নিংথৌ অথোইব-ও! লানশোক মতৌ করম্বনো?' ওক্সে ক্রয়ে হায়না উনবি পুক্লিং শক্লা অসুম লৈরিবৈঙদা যৌবনাশ নিংথৌরেম্না চৈথা মরু-ফং মালেম লয়দা ওয়া রাম্ফখিবা অদুবু চেংলৌ মিংথিংলবগী বৃষকেতু অথৌবনা মুংশি পুকনিং-চঙ অচেন থংলৈ য়াঙ্না কৈরা মতানপক্কা থাংথংলুরে। মখম মুংশি থোইবা লাইজা ইঙ্গিক্লাইবু লৌনা নিংথৌ তাঙজা মরুতোন্দা খীকপিরবগা নাকোং থোংজাউরেন্দগুং হাপ্লিরে। লাক্মী লেংনা তিনবা খৈবিরুদি বৃষকেতু কৈরা মতানপক্কা পনথৎপা অদুবু শমু খুৎনা ফংনা নোইৎথপবু খাচীক্লবগী অকি মখৈ-ফং তেঙ্গোল মপুকতিংনা হুয়েল লাঞ্জেম্নখিরে।

বৃষকেতু অকনবদি যৌবনাশ লৈণাববু উনবি পুকনিং ভগ্নবা লাইজা ইঙ্গিক্লাই অচীকপবু খীক্লা নিংথৌ মহকশাংবু হকশাং তোংশা মম্না শিনৌ কুবাং মেৎপিরে। হুমাই মাইরেং-হৌ কাওবাই মরেং হুম্না মালং অচীক থেম্বিরে। রারম অম্নম ওইরিবৈঙদা বৃষকেতু লৌশিংবগী পায়মা উনকোইমুংদা মদোম নিঙথম্নুববু লহাম্নোংগী পম্নৌ মাবু পোকপা কর্ণ পাঙ্গল মপা তাম্বনা হুয়েল লানশোকফমদা তুখিবৈঙগী উনবি নিঙশিং থোইনা পম্নৌ ইপা শাৎমাবা কর্ণ সেনাপতি অথৌবনা কুরুক্ষেত্র লানফম তমথিবদা লানশোক মাইয়োক-য়া বায়রা থগুং থিৎনা নোংমনখিববু মতৌ অম্নম তৌরিবৈঙনে হায়না মুংশি পুকনিং চঙ্না থম্মোয় মৈচাক হেল্লকলে। মতৌ কররিগীনো? হম্নু মমাই কায়বা যৌবনাশ খুননিংথৌদা রাম্নবা তেঙ্গা অরুববু কররিগী কাপশিল্লবৈঙেনো? ভৌইগুম নিংথৌ লয়ম্নাবা অসিগী থবায় মমিরেনবু ষকেতু ঐনা শাকলোৌরবদি পুন্থ মহৈ অয়াখবু তাইবং হুয়েল

অহুম্মানা হায়নরোইডেনে হায়না বৃষকেতু লৌশিংবনা যৌবনাশ নিংথৌরেনবু কৈরা জান্দা পম্না অরা লাইকল্লিডৈদা নিংথৌ লয়মাবদি পাময়া নিংশা শৎলোল্‌ননা চেংলৌ মমিৎ অনিমাবু পাওথোক্লকলে। বৃষসেন অকনবগী কৈরা মতানথক্তা পম্না লৈওম্বু উরবগী য়াথং অতপ্পা কোলোয় অথুম্বনা পাউমেল্লকলে।

হে বৃষকেতু অথৌব-ও। নঙদি পস্থৌ ইপা শাৎমাবা মহাকপু লেপ্পা মওইরে। তাঙজা ইকাই খুম্বনা লোয়্‌ন-ঙাই নহাকনে। লানক্ষম য়েক্ল থোইববু ওইরিবা নঙ্‌নদি থরায় চমিরেনবু পীনা লঙ্‌জোনঙম্বা অসিবু লম্মন মতিক ওকপবু পুম্না লৈতরে। পুণ্য মতিক অচৌবদি পুকনিং থাংথৈ শেংনা থঙজরে। পীন-হন্‌রেংদা পীজ-পাম্মুদবা কর্ণ পাঙ্গনবগী মপারীবু লেপ্পা ওইরে। নত্তৌ ওস্থোকপা অসিদা চেংলৌ মিৎথিৎনা উদরি। বৃষসেন কৌবা নঙবু কোয়ৌ অসি নোংজামগীমথৈ পস্থৌ ঐবু পোকপা মওইরে! যজ্ঞ মণ্ডপ-শঙ শগোল পাম্মু থোইবা অসিগুং পীরগে। ধর্ম্ম লাইরমলেম্না লৈরিবা হস্তিনা লৈবাক মুংঙাইববু তানা তময় ননাই ওইরগে। ঈশ্বর কৃষ্ণ মপুরেনগা লোয়ননা লৈরিবা ধর্ম্ম নিংথৌ থোইথোইবদা অহুম পাউমেনবিওমও।

সুবেগ ইপারীগা ভীমসেন অকনবগা হুয়েল লানশেংক্লরিবা অসিগুং থৌথামল্লুরসে হায়না রাজা যৌবনাশ নিংথৌরেনগা বৃষসেন অকনবগা অনিমাদি থৌজাল উনবি পুকমায়না ভীম সুবেগ অনিমাগী হুয়েল লানশোকক্ষমদা চওথিরে। পাঙ্গল মপা তাম্বা অনিমানা হুয়েল লানশোক্লবগী তেনখুন ঈঙাং শিম্মরক্‌পনা হকচাং পুম্না-চোৎ লানকম মথৈ কংনা শোরওম্বু উরুরবগী রাজা যৌবনাশ নিংথৌরেন্দি লানকম পুকনিং অকি-চঙ্‌ ভক্তি মালেম লয়দা পক্না বৃকদর পাঙ্গলবগী খুয়া লৈথোঙ পায়না পুরুমল্লুরবগা সুবেগ মপারীদা বাহবথিরে।

## মৈতৈরোল অরিবগী অশ্বমেধ পুয়া

ইপারী যুবরাজ অহনব-ও। ভীমসেন অহনবা অসিবু হুয়েল লানশোক্নরগুনো। পাঙ্গল কনাগুম্বনা লানকম মাইয়োক য়াঙমগ-বনো। মপল রাজা নিংথৌরেন এবুসুং বৃষসেন অকনবা অসিগা হুয়েল লানশোক্লবদা লানকম মাইয়োক য়াঙমদনা নোংমল্লবগী মালেম লমদা তুরববু কৈরা-তান্দা-পম লাইজা থিককেন-চাইনা প্রান থরায় হিংলে। ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইবগী ভক্তি লানশোক অরূম্বা অসিগুম্ববু সংসার পুম্নমা অসিদা লৈরিয়োই। বংশ শাগৈ অথোইবা অসিশিংগী খুয়া লৈখোঙ-খাবু তাঙজা লুপ থোং তরম মনাই ওইনা য়োইনা থৌগঞ্জ-রবদি থৌরম লৈবা খৈবিক্কী তুখ পূকনিং অরবা পুম্নমাবু কোকতৌনে হায়না পাউমেনববু নাতারবগী সুবেগ মপারী অহনবদি লানকম খাম্বী মৈশা লাংগুম্ববু নমদা হুম্না তুলাই রথথক্কী মালেম লয়দা-কুম লীরুং খুৎশূ থম্না মপল রাজা নিংথৌরেনগী মমাঙ শংশংবদা চঙলক্লবগা নিংথৌ সনা মহকশাংগী তেনখুল ঈঙাং পকপবু মাইথোং চিংন-য়েং মিৎকোয় লাইজা মিৎপাল-শিল হকচাং ঈঙাং তৈনা কুলিকুলা থৌজাময়বগ পম্থৌ মপা মচাদি সুংশি খুৎশম পালোয়ননা বৃকদর পাঙ্গনবগী খুয়া কৈখোঙখাদা ভক্তি পুক্নিং তপ্না পুক্নরে।

হে ভীমসেন পাঙ্গনব-ও। নঙবু ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথৌরেনগী মশানৌনে হায়ববু খঙদনা লানকম লঙজ থোকরে। লৌশিং বাখল লৈতনা লানশোক লঙজ থোইরবা অসিবু ঙাকপিয়ো। রাজা নিংথৌরেন ঐগী লাঙ্গোই শগোল মঙমশা অসিসুং হে সাধু অথোইব-ও। নঙঙোন্দা কৎচরবনে। যজ্ঞ মণ্ডপ-শাবু ঙাইরোয়ননা হস্তিনা নরৈ-বাকী ধর্ম্মরাজা অথোইবগ জগনাথ মপুরেনগা অনিমাগী সনা মখোঙ-খাদা লমওক্লরুরো। থৌজাল নরলকুদগী রাজা নিংথৌ ঐসুং শ্রীহরি শিদবগী সনা খুয়ারেনবু তানকংজরগে। তৌয়িগুম হে সাধু ধর্ম্ম পানগনব-ও। অসি কোয়ৌ সুমিৎমণ্ডদি কৌবা য়ারেক্লম-ও। হয়েং কৌবা মনোং শোয়রবগা সনা নরৈবাকপু ইন্দানখি-ও। হৌজিক চেংলৌ মিৎকুপমরমদদি হে মহাজয় থোইখোয়রব-ও! নখোয় অহুম্মাগী

শুগ নত্তিক ওকপবু ইরাৎ পুরুমজখিগে হায়রয়রবগা নিংথৌ সনা য়োইকোম্‌ংদা য়াচঙখিরবদা মশানৌ প্রভাবতি লৈমরেনবু ঙাইরোয়নলা তরা চেঙ মচং তেক্কবা, তিল থোইদিং নিঙথিবগা শিংলেন চন্দন লৈমুংশিগা য়াওনা ইরাৎ পুরুমজরবগা শঙ্গোম দহি অকম্বগা থাঙরি কৌগ-পোক অঙৌবগা তরা চেঙপাক হাউথোইবা [1]কলা তাউজিং থুমথোইবা কাউরেন শঙ্গোম অনৌবগা লারু খোইদুম-মেৎ থম্বৌ হৈঙাল শেম্না তরা চামায়োনগা মথেল লুকোই-য়াম য়েন্নম মথল তৈন্না পাঙ্গল মপা তাম্বা অহুম্মাবু উনবি পুকনিং পেম্না তরা লুক্তং লাংহল্লবদা চৈরৈ ফিরোই মশীঙ শুনা দান দক্ষিনা পিরবদা যৌবনাশ্ব নিংথৌরেম্না অনৌবা বাহমখিয়ে।

প্রভাবতি ইশানৌগা ভদ্রাবতি ইরৈবাক্তগী তনবা নিপালুপ মুজা মরুপ পুন্নমাম্নং শ্রীমাধব অথোইববু চেংলৌ শকউননবা লাঙ্গোই শগোল শামু খাক্তনা নিংথৌ পোৎলোই মশীং শুনা চৎথৈঙনে। হায়রয়রগা পলেম মমা পোকমাবীদা পাউমেল্লুইয়ে।

হে পলেম ইমা শাৎমাবি-ও। ভাগীরথী ইরিক্লাইগী গঙ্গা লাইজা তোরৈবান্দা লৈরিবা হস্তিনা সনা লৈবাক্তী ধর্ম্মরাজ নিংথৌ-রেম্না লাঙ্গোই শগোল থা-না মহাযজ্ঞ তৌগে হায়বগী শ্রীকৃষ্ণ অথোইবনচিংনা ঋষি লেংনা তিনবা পূম্নমাগা যজ্ঞ মণ্ডম হৌবদা শ্রীহরি শিদববু চেংলৌ শকউননা মহা যজ্ঞ য়েংলুসে। রুক্মিনী অহেনবিনচিংনা লৈমা চেংলৌ শককোই হেনবী লিশিং তরাতরুক-মাবুম্নং লেপ্না চেংলৌ শকউ-নথৈঙনে চায়না পাউমেনববু নাতারবগী পলেম মমা পোকমাবী হনু মাপৈ কারবীনা পাউমেল্লকয়ে।

ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেম্না লৈরিবা হস্তিনা মরৈবাক্তি য়োঙমলোই। তোইগুম হে ইপারী যৌবনাশ্ব নিংথৌরেল-ও। পলেম নমা এগী

---

১। লকোই।

কোনোয় ইয়াথং-চুম উনবি পুকনিং তপ্না নাতাউ-ও। রাজা নিংথৌ ওইবনা সনা মরৈবাকপু নমদা চুম্না মকম করিগুম্বদা চথোক্কে। পাল্লী সনা মরৈবাকপু নমদ-চুম্না চৎখিরবদি ভদ্রাবতি মরৈবাকচুং মাঙলৈগনে। লনথৈগে মথং ভাবা সেনা লাম্মী পুম্নমক্পুং পাঙল মচি লৈরবোইয়ে। খোইরম অসি খঙ্‌না মকম করিগুম্বদা চৎকরোই। দেবহরি শিলবা অচুমি থবায় নিংশা পাম্লিবা পুম্নমাদমুং খোঙাল শীনুব-খুংনা মরৈরিবা অচুনে। মতৌ করিগুম্বা অমত্তমুং চেংলৌ মিৎলম থম্না মরৈরে। খোইরাং মতৌ অমত্তমুং চেংলৌ মিৎকুপ-মরম চৎথোকখিয়ে। ইহাক ইদোম ইদোম্মগী ধর্ম্ম লাইনিং মক্তবনা ভানকংজরিবা অচুনে। নমু মী মচম করম্বনা কংঙমগবনো? দেব-নারায়ণ মক্তংগী গুণ মতিক অথোইবদি সমুদ্র ইরেনপুংগুমনে। মহাভক্ত করম্বনা শারঙম্‌গবনো হায়না পাউমেনববু নাতারবগী যোবনাশ নিংথৌরনা অনৌবা রাহয়কয়ে।

হে পলেম ইমা পোকমাবী-ও। নঙদি শ্রীকৃষ্ণ লাইমরুবু চেংলৌ শকউনবদা পুকনিং অতন চঙ্‌না করিগী পাউমেল্লিবনো যোগী সন্ন্যাসি পুম্নমানা নিঙ্‌নরিবা শ্রীকৃষ্ণ খোইখোইবা অসিদি চেংলৌ মিৎকুপ-মরমু ভানকংজবা মহাক্তা পুন্য মহয় পালে। মতিক হায়ঙমদবা অসি-গুম্বশিংদা ন্যায় রাথি-নমা পুকনিং চিংনা-যাম্বদি তৌঙাই মীরমচৎপু নত্তে। পলেম ইমা পোকমাবীবু ওইদম্লিগীদি য়িম্নক নাইকাবগুম পরৈ লনশা পুম্না পুইনে হায়না নিংথৌ য়াইবি কলহৌ-নীক্ ভিলাং মথোয় শাঙনা রাহমখিয়ে।

ইদাইরেম খোঙলোয় অয়াঙ্‌বশিংও। পলেম রাখল মতৌ রাৎলবী অসিবু চোয়নৌ সনা চুলাইথক্তা হাপ্পা পুজেম-ও হায়রম্লবগা রাজা যোবনাশ নিংথৌরেম্দি রাজদম্দি মরৈবা পুম্নমাবু ঙাইরোইননা হস্তিনা লৈবাক পুংঙাইববু ইন্দাম্লকলে হায়দবরা? কোরৌ সুমিৎ মঙানিগী য়াংলৌ লমথাংমাবু য়োরবদা ভীম পাঙল মপা ভাবদি

পাউহন মাঙ্‌ওইননা হায়না রায়থুংলুরবদা মশাবী ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথৌরেন্দা য়াথং ভক্তি তৌনা পাউদমখিয়ে।

হে ধর্ম্মরাজা অথোইব-এ! থৌজাল য়াইফ নরনকুগী যজ্ঞ মণ্ডপ-শা মক্তবা অদুবু য়াইফ থুদুম চল্লকলে। অদুসুং মদোমখে। রাজা যৌবনাশ নিংথৌরেনসুং লোয়ন-চায় পুম্নমাক থাকনা প্রভাবতি মশানৌসুং পলেম মমা পোকমাবীগা রাজ্য মরৈবাক পুম্নমাবু ঙাই-রোইননা মহাযজ্ঞ অথোইবগী কুম্মৈ মতৌ য়েংলুগে, শ্রীভগবন্ত ঈশ্বর মপুরেনবু লেপ্পা চেংলৌ শকউনচেনে হায়রবগী পুকনিং হরাও্তি থে ইনা লাকলে হ'য়না পাউভগবু নাতারবনা ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেনা রাহমখিয়ে।

শানৌ চিংথোং য়াইমবা-ও। নঙদি শ্রীহরি অথোইবগী মমাঙ শংশংবদা যজ্ঞ মণ্ডপ-শাবু লৌরুগে হায়না সংকলপ রাশরুববু সত্য রাশক কায়দনা পুন্য মহৈ পাম্লরে হ য়না হরাও্তি মথৈ লৈতনা হুলিকুদা থৌজাম্না রাজ প্রসাদ পিজরবগা অনৌবা রাহমখিয়ে। রাজ্য লৈবাক ইমাম্নবা যৌবনাশ নিংথৌরেমচিংনা সনা মরৈবাক পুম্নমাবু ঙাইরোইননা লাকয়ে হায়রবদি লৈব'ক নিংথৌ পানবগী লমচৎ মতৌ হৌনববু থাদোক্তনা য়াংলৌ লমথাংমদা লম ওক্লরুগে হায়না পাউথেনববু নাতারবদা বৃকদর পাঙ্গনবনা রাহমখিয়ে।

হে ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেন্ন-ও। নঙদি স্থান মকম লেঙ্‌না চৎকরোইএ। দেবহরি লাইমিংথৌগা মুংঙাই মমাং কর্ম্মনা কম্বক-ভমও হ য়রম্নবগা ভীম পাঙ্গল মথোক্লকপদি চোয়নৌ সনা য়োই-কোম্‌ংদা য়াচংথিরবদা রুক্মিনী অহেনবী।চিংলবী লৈমা লিশিং তরা-তরুকমাবুসুং সত্যভামা জম্ববতি কুন্তি সতি অচুবী মহুইরোল দ্রৌপদি নিংথিবীগা ম'খোয় অসি থৈবিক্তা হায়রুরে। যজ্ঞ মণ্ডপ-শা মক্ত-বনচিংনা রাজা যৌবনাশ নিংথৌ মহাকসুং রাজ পুত্রি অহেনবী

পাংঙংরি কৈমরেনগা মপাগী সুবেগ যুবরাজ মথোক্লকপসুং ঙাইরোই-নবা চতুরঙ্গ তেঙ্গোল মঙাল চাউনা লাকলে। কৌরব পাণ্ডব অনিমাগী ত্রি নুপি পূম্নমা নঙখোয়দি মতৌ অন্ধা ওইনা য়াংলৌ লমথাংদা ঙাইখম্‌ম্‌ও। তৌরিগুম দেবহরি লাইয়িংথোবু কদায়নো ফম্বি করিগুম্বদা লৈরিবনো? ভীম ঐবু ঙাইখম্বিদনা দ্বারিকা মরৈবাক্তা হৌখিঙময়ে। কৃষ্ণ লমচৎ খঙদবা অসিবু মতৌ করিগনো? বৃকদর ঐবুদি পাঙ্গল ইতিক লৈহন্দনা যজ্ঞ মণ্ডম শাবু লৌঙমলোইরে হায়বা নম্ভবরা? হৌজিক মতম অসিগী কৃষ্ণ মমাঙ শংশংবদা পাঙ্গল ইতিক খঙ্‌নবা শগোল মণ্ডম-শাবু উহনগে হায়বসুং মকম করিগুম্বদা চৎখিরবনো হায়না ক্রোধ কঞ্জাউ থোইনা রাগম্নকপবু দ্রৌপদি অচুম্বীনা নাতারবগী মচিল মোমোন নে'ক্না পাউথুম্নকয়ে।

শ্রীহরি ংথোইবদি করিগী দ্বারিকা মরৈবাক্তা চৎলুগবনো। অর্জ্জুন রায়রা হেলহৈবগী সনা য়োইকোম্‌ংদম্ভম সুমিৎ কয়ামরম্বু ঙাইখমলিয়ে হায়রবদা ভীমসেন পাঙ্গনবদি অনৌবা পুক্লিং হরাউ থোইনা চেংলৌ মিৎকুপমরম্বু কৃষ্ণ সনা মথোঙ-থাদা পুরুমলুরবগা যজ্ঞ মণ্ডম-শাবু পাঙ্গল খুৎথুম-চম্না পুরকপা য়াইফ মহম্ন পূম্নমাবু পাউদম্নরবদা হরি থোইমোম লাওয়িংথোম্নং পুকনিং হরাউ থে ইনা থৌজাল ল'ঙ্গোনবিরবগা অনৌবা রাগম্নকয়ে। হে ভীমসেন অকন্‌ব-ও! নঙনা যজ্ঞ মণ্ডম শাবু লৌরুরবদি মালেম তাইবং পানবা অসিনা পাঙ্গল নতিক খঙনৈঙেনে হায়না পাউমেম্নরিবৈঙদা ধর্ম্মরাজা নিংথৌ-রেলগী মশানৌ পার্থ অর্জ্জুন তেন্দৈহৈব', সংদেব লৌশিংবা নকুল সনা থোম্মতোনগা মাথোয় মরিমানসুং পুক্লিং হরাউ চঙ্‌না রাহমখিয়ে। যজ্ঞ মণ্ডম-শা মক্তবু তানফংলক্লবদি বংশ শাগৈ হাৎপগী মহাপাপ অমক্‌পবু কোক্লৈঙেনে হায়না পাউমেম্নরিবৈঙদা রাজা যৌবনাশ নিংথৌ-রেনসুং পুংজাউ পেরে মোইবুং শিং-গা মনিম্নাই পত্রকা ফিরাল হরাঙ-হৌ শগোল শামু থীঙমদা পোৎলোই মপুম পাঙমদা চুলাই

লেংজাউতোং কাঙথাই মীতম হমনা লাকপবু লানমী মীয়াম ওইবগী কোয়ৌ নোংলৈউখোনগুম লাকপবু ধর্ম্ম সনা মথোঙজিন্দা রাইথুং-লয়বগী প্রতিকাদি থোঙঙাকপনা চেংলৌ মিৎকূপ মরমদা অচেন থংলৈ য়াঙনা থঙহল্লুরবদা রাজা নিংথৌ চমায়বনে হায়বগী মাঙগী লমচৎ হৌনববু থদোক্তনা করতাল শেলখিং মনিয়াই থুংপাক তাপুং মরাঙ-হৌ মৃদঙ্গ রাংলেন পুংখৎ-তৈ ঈশৈ খোন্মান শক্না লমওক-লুরবদা রাজা যৌবনাশ নিংথৌরেন্দি ডুলাই রথথক্তগী মালেম লয়দা কৃষ ভক্তি লয়দা পক্না পুরুয়বদা সাধু ধর্ম্ম অথোইবনসুং ভক্তি মতৌ-য়েং ঙকথি লুয়াংশোয়া লৌগৎপিরবগা অনৌবা রাহমথিয়ে।

ভীমসেন, পার্থ অর্জ্জুন, সহদেব, নকুল মরিমা অসিদা মিৎয়েং শানখৈ-ও। পলেম পায়মা উনকোইনুংগী নাউনৌমময়বা মশেয়ে। পাঙ্গল মতিক হায়ঙমদে।

হে রাজা নিংথৌরেল-ও। নঙসু হস্তিনা ইরৈবাক্তা লাকপিবা অসিদো পুকনিং থোইনা হরাউরে। থৌরম মতৌ অঙ্গ। ওইনা যজ্ঞ মণ্ডম ভৌমিয়সে। হে যৌবনাশ নিংথৌরেল-ও। মিংয়েং শানখৈ ও। সভা লেংনা তিনবলক্তগী শকথোং মপুং ফানা লৈরিবা অসিদো দেব নারায়ন মক্তবা মহাকনে। মহাপাপ করম্বনা চণ্ডাল-গবনো? ভদ্রাবতি নরৈবাকী পাটেশ্বরী লুচিংবী অসনচিংনা সুজা মরুপ পুন্নমা অসিশিংসুং কুন্তি সতি অচুম্বী দ্রৌপদি নৈমা অচুম্বীগী সনা য়োইকোম্নুংদ চঙহনখিরো হায়না পাউমেনববু রাতায়বরা যৌবনাশ নিংথৌরেন্দো থরায় হকশাং পুনা কোয়ৌ নোঙ্গাখিবসু পুকনিং হরাউ থোইনা কৃষ্ণ সনা খুয়ারেন্দা কোটি দণ্ডবৎ তৌনা পুরুমলুয়ে হায়দবরা?

থৌরম মতৌ অস্তুম তৌনা কৃষ্ণ সনা মথোঙখাবু তানফজরবগী যৌবনাশ নিংথৌরেমা পায়মা উনকোইনুংদা নিঙথনয়ে। হন্দক

মতম অসিদা যজ্ঞ মণ্ডপ-শাবু নাউয়োকচম্বা অসিদে মাইক মথোই তোংববু শ্লেপ্পা ওইরে। শ্রীকৃষ্ণ অথোইববু পুকনিং অরা লৈতনা তানকংজরৈরে হায়না নিঙথল্লবগা অনৌবা বাহমখিরে।

হে প্রভূ! ইবুংঙো! শ্রীকৃষ্ণ অথোইব-ও! বৃকদর পাঙ্গনবা, বৃষকেতু মেঘবর্ণ অহুম্মা অসিদো পাঙ্গল মতিক হায়ওমদে। হয়েল লানশোকফম্ব য়োরবগা পাগল খুৎওম-বিনা শোরবগী থরায় শিরাই-মমদা বৃষকেতু অকনবা অসিনা পারী লাঙ্গোন তমগুম প্রান থরায় থিংহলয়ে। মরম অসিগীদমকপু হে প্রভূ! ইবুংঙো! জগৎনাথ লাইরিংথৌ! সিদ্ধমুনি পুম্নমাগী ধ্যান লাইনিং অচেৎপনা কংওমদবা মহা বৈষ্ণব পুম্নমালক্তগী রাজা নিংথৌরেনবু ওইরিবা ভক্তি লেংনা তিনবশিংগী পাঙ্গল খুৎথুম চম্না থৌজাল লনকুবিরিবা মালেম তাইবং-পানবা অসিগী থরায় অপকমাবু শোম্বরিবা হে প্রভূ! ইবুংঙো! নচু নোংলেন ইনৌ হৌগুম কুচু শংবানবদা সনা ফিগে শেৎপা মালতি পরেং লৈবু হকশাং খাওমনা থৌরি মুক্তা পরেং লীরা চেন্নৌবা কুমকুম চন্দন লৈমুংশিনা মায়থোং মঙাল নাইরিবা দৈবকী সনা লিনকোইগী হে প্রভূ! নিরঞ্জণ মক্তবা থরায় অপকমা পুম্নমাগী মচি লনমরু পুরুষ নিপালক্তগী রতন সনা মৈখাওবা ধর্ম্মপুন্য অথোইবগী সমুদ্র ইরেনপুংবু ওইরিবা, পুরান শাস্ত্র অরিবা তাইবং নোংশা-পানগী থরায় পোৎলুম অরাববু ককথৎপিরিবা শ্রীভগবান অথোইব-ও! নগী সনা নথোঙ থাবু তানকংজরে হায়না মালেম লয়দপক ভক্তি নম্র তৌনা পুরুমজরবদা শ্রীগোপালদি থোইথোইবদি পুকনিং অপেন কনলবগী মীনোক খোঙেল রাংনা যৌবনাশ নিংথৌরেনবু ওকথি লুম্লাং কোম লৌবিরিবৈ মশানৌ প্রভাবতি অহেনবীনচিংলবী মুজা মরুপ পুম্নমাসুং কৃষ্ণ সনা মথোঙথাদা পুরুম্নরবগা কুন্তি সাত দ্রৌপদি গন্ধারি অহুম্মানচিংলিবী কুরুক্ষেত্র লেংনা তিনবগী মুজা মরুপ পুম্নমাগা পুকনিং হরাউ থোইনা তিন্নরে হায়দবরা?

থৌরম অসি মতুংদা সুবেগ পাঙনবনচিংনা লাম্মী মশীং থিঙমদবা পুম্নমাক্তং চৈরৈ ঙক্না-য়েৎ ময়া নাপি-চীক ভক্তি লয়দা-পন্না পুরুম্নবগা মুংঙাই পুকনিং চঙ্না নৃতক চুগোই শারে হায়রে। থৌজাল মতৌ ওন্থোকপা অদুবু উরবগী কৌরব মরৈবাকী মোমনু মুজালুপ পুম্নমাবা পাউমেমৈরে। যৌবনাশ নিংথৌ অসিনা কৃষ্ণভক্ত অচেৎপবু ওইরিবা অসিদো মতৌ কন্নিগীনো ওন্থোকপনে। ঐথোয় ইনাক শংশংবদা লৈরিবা শ্রীহরি অথোইবা অসিবু মচি লনমরুনে হায়রবু থঙনা ভক্তি পৌগল তম্বগী মূর্খ অপঙ্বম্ন তাইবং নোংশাপাল অসিদা লৈরাং ঐথোয়গা পান্দম্নববু পূম্না লৈরিরোই হায়নঃ পাউমেম্নরিঙৈ য়োইময়াই তাঙ্ডনবম্নং মুমিৎ থোঙ্লন থমথিরবগী অহিং ইমুং শোয়য়াইমাবু ওইরবদা সভা লেংনা তিনবা পুম্নমাদি মরান কদি বায়থুংকমদা চঙখিরে হায়যে। শ্রীকৃষ্ণ অথোইবম্নং রুক্মিনী অহেনবিনচিংলিবী লৈমা লেংনা তিনবীরক্না চঙ্গিরে হায়দবরা!

জয় মহামুনিরেম্না জন্মেজয় নিংথৌরেন্দা বাঙমথিরে। মহাভারতকী অথোইবগী বারী মুংঙাইবা পাপ লাইজা ইরেনপুংঙম্ববু কোক্নবা পূম্ন মহৈ অথোইবদগী সমুদ্র ইরেনপুংবু ওইরিবা ভদ্রাবতি লৈময়োন্দগী .যজ্ঞ শগোল মঙম শাবু কৌরুবা ভারত বারী মুংঙাইবা অসিবু তেংথা মরেং শুপ্না হায়থিরিবা অসিদা বষ্ঠিবরসেনগী মপারী গঙ্গাদাস লৌশিংবনা পয়ার মীরোল ওইনা লেংলমশৈনে। সাধু থোইমোম লাইবু নিঙ্বা, মহা-জন চীংঙু লাইবক-কবা নঙথোয়দি ভাঙজা নরৈতোন্দা রাম.রাম শোম্না নাতাবি ও! ॥

থরায় কেংখমু খাজ ঙমদে। লমচৎ মতৌ অসিগুম্বিবু পাপ মহয় য়াল্লবি কৌয়ে। নুজা মথংখনবু তরা চাকেনবগুম উনবি পুক্রিং কেল্লবি হকশাং থোইনা শেংবি শংকৌ মথৌরাংনা থংলেন মাবু অরোইববু উনবি পুকনিং শকতোং নীবহন্দনা খোইমোম কোলোয় মমিংথোংবু পায়মা পুক্নিং থুংনা শাকহলংবী নমু পোংওইবা খৈবিকপু মানা পোকপা মচাগুম থৌজাল লাঙ্গোনবৈবী অসিশিংদি পুণ্য মহয় অথোইববু তানকংয়ে। রারম মরেং শীম্না তেংথানিবা অসিশিংবু ব্যাস মুনি ইদোম্মগী য়াথং ইপাউমেম্না রারম মতোম্লেম্না হায়ঙংলোইয়ে। থৌরম অমমম ওইরবস্তুং পুণ্য মহয় অথোইববু তানফংনবা যজ্ঞ থৌরম তচেৎপবু হৌনবা শ্রীদামুদর তথোইববু পাউকৌংল্লরসে। সময় মহম ওইশিল্লক্লে হায়না পাউমেনববু নাতারবদা ধর্ম্ম যুধিষ্টির নিংথৌরেম্ন মশানৌ ভীম পাঙ্গনবদ পাউমেনখিয়ে।

শানৌ চীংখোং য়াইমব-ও। শ্রীহরি মপুরেনবু য়াঙনা পাউ-কৌরু-ও। যশুদা দৈবকী রুক্মিণী অহন্মানা নিংলিবী নমা লিশিং তরা-তরুকমাস্তুং পাউকৌরক ও হায়না পাউমেনববু নাতারবগী মাকং লোংশিং নিংথৌ মপারী ভীম পাঙ্গনবনা মশাবী ধর্ম্ম নিংথৌরেনবু ভক্তি লয়দা পক্লা পুরুক্লবগা চুলাই রথ তোংনা চংখিরে। দ্বারিক লৈবাক মুংঙাইবগী কৃষ্ণ সনা মথে ঙভিন্দা র ইথূ লুরে। বৃকদর পাঙ্গনবনা লাকপবু ঈশ্বর মপুরেম্না শংশং তাঙনা উরবগী পকেম মমা দৈবকী অহেনবিদা রাগমখিয়ে।

হে পলেম দৈবকী অহেনবীও! শংকৌ য়েনলম মরোল য়াম্না তরা চাথোংও হায়না পাউমেল্লবদা পুক্লিং অথূপ্পবু শানথঙাইহবী দৈবকী কৈমা নিঙথিবীস্তুং লৈরঙ তরা চাথোকফম মৈহুৎ চাম্মনিপানমক্তা রাকহৌ চাথোংৎলে। শ্রীযশোদা অহেনবিনা য়েল্লম মথেল শেমলে। পামেল নিমনা নৌয়েনগা তাউজিং হৈজাং মনাস্তুং শংনৌ মাইরেন অঙৌবা চেংক্রুক য়েল্লাং চানগা কাউরেন মিৎকোয় মিংথোংয়েনস্তুং বোরি হাউখোইবনচিংনা য়েন্লম ৬৪ দংনা মথেল লুক্নোই শেমলে। যঙ্গোম ঈবিক্লাই পুদুং লাহৈচিন ঘৃত হাউখোইবা লনী ক্ষীর থুমখোইবা

চিনি হৈরোই-মাই মঙ্গোম ভৌনা মুনবা লোইমোম কৌ কবোক, তরা চেংপাক হাউখোইবা লাংবন খোইরাং-হি চুহি থুমখোইবসুং য়াউনা কলায় খুপুন্ মেৎপসুং ভাউজিং কৌহৈ-স্নি হৈনৌ থুমখোইবা থৈরোং কিংনাই হৈ স্রিকল হৈরাং চান্ ভাউজিং হৈনমশাং থমজেৎ পিবুক হৈসুং হৈতাল মশীং-য়াম নোইমু থুমকুপ-য়াউ শংনৌ মুরোক য়েনকুপ য়াম্না মথেল লুকোই শেন্নবদা ঈশ্বর কৃষ্ণ অখোইবনা সনা আসন্থলল কম্না মথেল লুক্তং হাম্রবদা ভীমসেন পান্ননববু নাভাহনগে হায়বগী চীংঙ্ সনা মথুৎকাং হাইরং হৈনুংশিগুবনা মথেল লুকোই য়াবা থৈবিকপু লোরুবগী শংনৌ য়েন্-লৌ খোজেলগা শোয় হোজোক হোজিল খুদিংবু চাকচা কগামরম চাবগী খোজেল নোংখাক খোনগুম, চাকয়োৎ খোজেল চাউহল্লে। য়োইনা খৌগল চগুলিবী ব্রজনারী নিঙথিবীশিংনসুং কাংহাই মরেংঙাই সনা য়াথিল খুত্তা-শু কিয়োই লেংদ-য়ান সনা গাকোক-সুংগী পানা খুত্তা-পায় শিংলেন মালা পরেং লিকা চীংঙ্ মমাং শংশংবদা লেপ্পা ভক্তি খৌগল-ঙাই শ্রীযশোদা অহেনবী-নচিংশিবী পুন্নমানা চিঙ্গাক হাউখোইরিবা থৈবিকপু চীংঙ্ পুকনিং থুংনা শানশেময়ে। শ্রীদৈবকী পোকমাবীনা ঈশ্বর মপারীদা তরা লুক্তং হাংহন্দা মথেল লুকোই ভামহন্দনা অনৌ অনৌ হাপহোয়ে। খৌরম মতৌ অস্তুম ওইরিবৈ সত্যভামা অহেনবীদো নাউতে মহৌ-শাগী দেবহরি মপুরেনবু মিৎথৈ শেপ্পা-য়েং মচিল মোমোন নোক্সা পাউমেন্নকয়ে।

হে প্রভু ইবুংঙো! শ্রীদামুদর অখোইব-ও! খৌরম মতৌ করম্বনো? ওস্তোকয়ে। নমু মীহৈবাকচা অমনা চীংঙ্ নখোঙজিন্দা কক্ষমলিবা অসিবু নিশিং পুকনিং লৈত চাকচা অপেন মাইদনা থংলিবা অসিবু খাবিকা নহৈবাকী লমচৎ মহৌশারা? উনুবি ননিং তম্না গাল মঙ্গোম গুবগী থাংঙা নিংঙোনবীশিংনা সনা কৈথেল্লেন্দগী মঙ্গোম ইরোনফু অমতত্তসুং লৈররোই। তরা হুকচানমন্নে। কোক্সৌ সুমিৎ চুপ্পা ময়াউ-য়েন শনশেন্নবগী কৃষ্ণ সনা নহকথাংদা উক্সুল নোংমৈ পকপল্লং

তৈথোক্তা চুয়া লৈথেৎ নিঙথিবদা কাউরেন শন থৌয়ী য়েৎলিবসুং নিঙশীংদনা তয়া চাথং তোকপিদবা অসিবু ময়ম করিগীদমকনো? ওহোকয়ে হায়না পাউমেনববু নাতারবগী দৈবকী লৈমা নিঙথিবীদো য়াইবি কলহৌ নীঙ্গা য়াহয়ুকয়ে।

নিংথৌ মমোংলোনবু ওইরবসুং ইপারী ঈশ্বর মপুরেনবুদি য়াথং লাকচ-য়ানা করিগী য়াহয়ুগবনো? নপল শক্রজিৎ নিংথৌ লৈমাবদো য়াজা নিংথৌ অপিচানে। চে সত্যভামা কৌবী নঙদি বেদ লমচৎ খঙদে। চিঞ্জাক থুমখোই হাউখোইরিবা খৈবিকপু থোংলিবদো চীংঙ্ নোংথৌ সরারেন মহাকপু ঙমজবনে। মায়থোং মঙাল নাইবনা লোই-দাম থানিংথৌবু হেনখোইবা পণ্ডিত লেংনা তিনব-লক্তগী মহাপণ্ডিত অথোইবা খোইমোম বিধি য়ায়েনবগী রজা নিংথৌরেল, লৈরোন নোংলোন অহুম্মাগী মবুংঙো নোংদম মপুরেন অথোইবনে। শ্রীবসুদেব মথৌজানগী দৈবকী সনা উনকোইসুংদা বীর্য্য মরু অথোইববুপীনা নাউনৌথিবা ইপারীনে। তাইবং থরাই অপকৃমা অচৎ অরেপ্ পুন্নমাবু লানবিরিবা শ্রীমধুসুদন অসিগুম্ববু ইমাঙ শংশংদা য়াথং ফংবাবু পাউ-মেল্লিবা অসিদো পুকনিং থোইনা য়াখল লৈতরবীনে! য়ারম থাংগৈ-শেংনা শাং খঙলে হায়না দৈবকী অহেনবীগী য়াথং মপাউমেনবু নাতা-রবদা সত্যভামা লৌশিংবীনা মচিল মোমান নোক্লা পাউমেল্লকয়ে।

হে দৈবকী অহেনবি ও! কোলোয় নঙ্গী নপাউমেন অসিবু য়াথং অচুম্বা মহাকনে। তাইবং মরোল অহুম্মাগী মবুংঙোনে হায়না কৃষ্ণ লাইমরুবু দৈবকী অহেনবী নঙনা শংশং তাঙ্না খঙলবা মহাক্তা ইপারী সুংচানবনে হায়না পাউমেল্লিবা অসিতুম য়ারম করিগীদমকনো? পুক্নিং সুংবং চঙনা নাতাইয়ে। সত্যভামা ঐসুং হরি মপুরেন অসিবু থরাই নিংশা পাল্লিবা খৈবিকী মবুংঙো নোংদম মপুরেন অথোইবনে হায়ববু তাঙনা মখঙয়ে। তৌরিগুম য়ারম অসুম খঙলবসুং তয়ম অচানবা মনাই ওইবনা মপু মথোঙ-খাদা য়ারম অসি য়োনকদববু লৈহৌকপয়া হায়না পাউমেনববু ঈশ্বর মপুরেন্না নাতারবদা হরাউ

মথোই তোংনা তরা চামায়োন মথেল য়েন্নম য়াম্বা পুন্নবা অদুবুদুম ভীমসেন অকনববু নাতাহনগে হায়বগী চাকচা অনৌবদুম খোঞ্জেল য়াংনা খোংহৌরে। তরা কয়ামরুম্বু চাকচা ঙমখৈ নাইদবগী ভীম পাঙ্গনবনা হে তেরন্দ্রি! খোংঙাকপি-ও। বারম করি খৌগী-দমকপু ভীম পাঙ্গনবা ঐবু কৈদা নাইকা খোঙ অসিদা মতম কয়ামরুম্বু দগি য়াকোং-খৌগুম থল্লিবনো? দ্বারিকা নরৈবাক অসিগী হৌন মরমচৎপু অতিথি লম্বোই লাকপশিংবুদি কৈদা খোঙদা থম্না তরা চা শাম্না চাববু তোকপিদনা অনৌ অনৌ তরা খুৎপুন হুকলিবা অসিবু হৌন নখোয়গী নরম ৎলা? হন্দক মতম অসিদা ওন্ন-তৈনববু পুকনিং কনয়েং লৈতনা তৌঙময়ে। বারম করিগীদমক্লো ওস্থোকয়ে। কৃষ্ণ মনাক শংশংবা শ্রীদেবকী অহেনবীগা সত্যভামা লৌশিংবীগা অনিমাবু লৈতবগী তৌশিন্না? মরম অদুগীদমকপু চীংঙু কৃষ্ণ খোইখোইবনা পুকনিং রাখল লৈতনা তরা পঙচা চাববু তোকপিদ য়েল্লম পঙথোং থোংববু লোপিদনা লমচৎ মতৌ ওয়ঙময়ে। ভীম পাঙ্গনবা ঐসুং থায়না লহাননোং মতম কয়ামরুম্বু লৈবাক অতাম অতাম্বা খুদিংদা চৎল-ববু কৃষ্ণ মতৌ ওস্থোকপা অসিগুম্ববু চেংলৌ ইমিৎ থিংনা উরক্কে। পায়মা মপুরুংবু চকম কয়ামরুম্বু চাউবগী উনবি মপুক থন্দনা মরৈরি-বনো? পায়মা মাগী উনকোইসুংদা ভীমসেন অকনবা ঐবু তরা থিজক্ক চাপজগে হায়ববু নিঙশিং পুকনিং লৈতনা হুল্লাল্লিবা অসিবু ওস্থোকয়ে। দৈবকী সত্যভামা অনিমানসুং ভীম ঐবু লাকয়ে হায়ববু বারম তাকপিদবগী তৌশিক্লা হায়না কৈদা নাইকা শঙদা কমঙমদনা হৌগৎপবু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী শ্রীদেবহরি অথোইবদি অনৌবদুম তরা চাশায় মনিম্নাই চাকয়োৎ খোঞ্জেল য়াংনা থোকহল্লে খৌয়ী ময়ায়রমদা তরা চাকয়োৎ ঙমদববু শাজিম্নবগী কুৎ-কুৎ লাউবা খোন-জেলনা কোয়ৌ নোংথাক খোনগুম চাকচা মনিম্নাইববু নাতারবদা ভীম-সেন অকনবদি পুকনিং কাজ ঙমদরবগী য়াথং মথৈ ফংনা পাউ-মেল্লকয়ে।

হে ভগবন্ত ঈশ্বর মপুরেন ও। পলেম মমা পোকমাবীনা নাউ-নৌবদা খোরী চাক-য়োৎলম্বু খোইনা থুরবদি হে গদাধর অখোইব-ও। সনা নয়াথংবু থাদোকপি-ও! মশুং লিশিংশুবা খেঙ্গু ইথুৎশূগী মকোক থুচেংবা লাঙ্গোই মনাতোনশুম্বা অসিনা তরা চাকয়োৎ পনবা অদুবু খোরী মখোঙ হাংনা হাইফাৎপিগে। তাইবং অপকমা মহাকপু পায়মা মপুকনুংদা চল্লিবগী চাকচা পুকথন নাইদনা খোংলিবরা? হৌজিক মতম অসিদদি ইঙাই নুংচানবনে হায়বন্নুঃ থঙবিদনা চাকয়োৎ পুকথন নাইদরে। শংনৌ য়েনয়াম খোংববু তে ক্তরে। হে শ্রীদামুদর অখোইব-ও। চীংঙু নঙগী পায়মা নবুকনু না থঙবীরিগীদি চীংঙু লাইমরু মঙগা ভীম ঐগা তরা লুককম্মদা থুৎপুন লুক্তং হানা থংমম্নঙেনে। পায়মা ইপুক চাউয়ে হায়বগী ইশাবী ধর্ম্ম নিংথৌরেম্না কোরৌ নোংজা খুদিংবু হকশাং ইয়েং তাৎন্দনা নাউয়োকয়ে হায়না পাউমেনববু নাতা-রবদা চীংঙু জগৎনাথ মপুরেম্না য়ারা মখোঞ্জেলবু থাক্লা নোক্লবগা—

হে ভীমসেন অকনব ও! নঙবু লাউ-ও। করিগী য়াইবি নম্নুংহৌ তিলাং নখোয় শাউনা পাউমেল্লিবনো? নশাবী ধর্ম্ম নিংথৌরেনগী য়াইক কোলোয় মপাউমেন্দুম নাতাসে। সনা সেনপাক থম্না লৈরিবা তরা চামায়োন য়েন্‌লম্‌ মশীঙ য়াম্বা অসিবু চীংঙু ঐগা থংমম্নসে হায়না পাউকৌববু নাতারবদা ভীম অকনবনা পাউথুম্নক-য়। পুংজা মুথক কয়ামরুম্বু খোংলবদা তরা য়াম্না লৈতরবা অদুবু চীংঙুনা পুক-থল্লবদা ভীম ঐবু থৌজাল পুকমাম্নবা শানা কৌশিন্নেয়ে। কোলোয় শরীবা য়াথং মীমমরা অরেম্বনে। অসাই মতম অহানবদদি তরা চাপুক লাম্লিঙেনে নিঙবীদ হৌজিক মতম অসিদম্নুং পায়মা ইপুক চাউয়ে থঙবিদনা পাউকৌবদি পুকনিং হোইয়া-ঙম্নখোইয়ে। চীংঙু নদোম থংজরম-ও। হে নন্দ সঙ্গোম শুবা মপাম্বী-ও। তরা চাপুক্লাম লাইজা ইখৌ-লাংলবম্নুং হত্তিনা ইরৈবাকপু তানা চৎথিরগে হায়না পাউমেনববু নাতারবদা ঈশ্বর মপুরেম্না নোক্লা নোক্লা পাউমেলকয়ে।

঱ারম করিগীদমকপু ভীম পাঙ্গনবা নঙনা য়াইবী নমুং-হৌনা শাউরিবনো ? পাহমা নপুক ভপও ! পাণ্ডব নখোয় মঙামাবু হেন্না লমলোই চান্নববু কনা অমবু লৈবনো ? ইরল পুকয় থন্বা ভয়ম ইনাই পুন্নমা সভা লেংনা ভিনবা থৈবিকস্থং নশানৌ ধনঞ্জয় পাঙ্গনবনা হেনখোইয়ে। পুকনিং চিংনা লৈরুগুনো। বৃকদর অকনবা নঙবু ইমাঙ শংশংবা অসিদা চঙলক-ও হায়না পাউথেন্নবদা ভীম অকনবদি কান্বি ওলাংথাদা শিংলেন চন্দন-লৈ অচিকপবু হুঞ্জিন্নকপগুম পায়মা উনকোইসুংবু ভপশিল্লক্রবগী চীংঙ, সনা মথোঙখাদা মালেম লয়দা পক্সা পুরুমলুরবগা ঈশ্বর মপুরেন্না অপেন মথৈ কংনা কোনবিরে। চীংঙ, ওইরম থংবগী আসন ফমুক্‌মদা ফম্ফমহল্লবদা খোইমোব মাগা ভন্না লূকক্মদা থংমন্নরে হায়দবরা ?

ভাঙজা মরাইবক্তস্থং চন্দন মঙান্নাইনা থিল্লহল্লে। শুমু কর্পূর য়াউনা তিনবা পান্না লায়াৎ-ভৈবা কঃ শুংদাই থায়ববু য়ান্না পিজরে। শিংলেন মালা লিক পরেংসু থংবা ভংগোই হেন্না শিবিরে। ফিন্নোই মঙাল লাইবা থৈবিক্সা হকশাং লৈভেং ওইহল্লে। ঱ারম অসুম ভৌনা উনবি পুকনিং পেলহল্লবদা ভগবন্ত ঈশ্বর মপুরেন্না পাউহংয়ে।

হে ভীম অকনব-ও ! নশাবী নিংথৌরেনগী য়াথং মপাউবেন করম্বু পুরকপনো হায়না পাউহংববু ভীমসেন অংথৌবনা হোই, হে ইবুংঙো শ্রীদামুদর অথে ইব-ও ! ইশাবী ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেন্না মশানৌ ঐবু থৌশীন্নকপদি মহাযজ্ঞ অংথাইবরু ভৌগে হায়বগী চীঙ, বার্ত্তা য়োই-থোন্নগে লাকয়ে হায়না পাউবেনববু নাতাবদা শ্রীগদাধর মপুরেন্দি পুকনিং হরাউ থোইনা হে কৌর্ত্তার্ম্ম লানজিংলেন-ও। কোলোয় ইন্না-থংবু পুনা দ্বারিক লৈবাক মুংঙাইবা অসিদা লৈরিবা নমু মীপুম য়াম্বা থৈবিকপু য়াঙনা পাউকোথং-ও ! শমু মখুং-হৈবা য়াবা ননমাথ ওনবা ভনবা নিপালুপ, মোমনু মুঙ্গা ওইবি নাহা মুধী ব্রাহ্মণ পণ্ডিত থাকুনো। কোরৌ নোংশাকোন লাঙ্গোই মোইশা-মা পেবে শিঙ্গা বাংলেন পুংলম য়াম্বা থৈবিকমুং পলেম ইমা ষংশাদা দৈবকী অনিমানচিংশিবী রুক্মিনী

অহেনবীমসুং য়াউনা লৈমা লিশিং তরাতরুকমাবুসুং খাক্লমদনা হস্তিনা লৈবাক পুংশাইববু তানা চৎথোনে হায়না পাউমেনববু নাতারবদা কীর্ত্ত-বর্ম্মা লৌশিংবনা য়াওনা ছুন্দুভি বাংলেন পুংজাউ থিন্না খোমখৎলবগা মমু মীতিক য়েংনা থোদাখিয়ে।

ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রি পূম্নমা প্রদ্যুম্ন কামদেব অনিমাগী মরূপ লেংনা তিন-বগা যাদব শাগৈ পুম্নমাসুং য়াম্না লনগৈ থম্ন লৈরিবা পুম্নমা সনা লন-মরুনচিংবা লনয়াম মশীঙ থিঙমদবা খৈবিকসুং কাপোৎ লনয়াম শেম্না চৎবলহৌরে। শগোল শামু খোঙমী লান্মী খৈবিকসুং চতুরঙ্গস্ত তেঙ্গাল মঙাল চাউনা যাত্রা খোঙশান তৌহল্লবগা বেদ মরম মরিমাবু শুনা হৈবা ব্রাহ্মণ লেংনা তিনবম্নং ধনবন্ত য়াবা লনয়াম লোইবা খৈবিকা গণক খেন্দম শোয়দবা চোয়নৌ সনা খোনবা খুংগৈ মোইফেংবা তরেং শেনশাবা লোইমোম কৌরুংবা পান্না তপ্তাই খাওবা তেলি থাউশুম্বা কবোক খোইদুম মেৎপা মাইবা হিদাক হৈবা থোরৈ শীঙজং শূবা নাপিত শমশেং হৈবা শিংলেন লৈয়েক শিঙ্কশুহৈবা নূঙক চুপোক শাবা ভাত-অশৈ শকপা হকচাং মথেক নৌবা মানওন মিৎপু ঙকপা ফুরা লাইখিম-শাবা খোঙলোয় পাউহন-য়াঙবা চৈরৈ ফিশাবা য়েৎতুম পুম্নিং থোবা কোরৌ নোংশাকোনগী হিদাক ময়ান শোয়দবা মরম অসি খৈবিকপু শুনা চৎহল্লবগী শূপ্পা নমু মীপুম য়াথদি তিনলক লখা অহুম তিন্নবা কোটি মপৈ হুমত্রা চংলে। শমু পাংশোই শীকপা মিৎ্রেং মঙম শোয়বা খৈবিকসুং খাক্তনা শমু খোঙথাং য়াম্নগী উফুল নোংলৈ হৌবদি অত্যা নোংলোন মকোয়-থন চীংলেন নোংলাউ খৌগুম চেংলৌ মিৎকোয় থিংনা মমলে। দ্বারিকা লৈবাক পুম্না হুপ্পা ধর্ম্ম নিংথৌ-রেনগী যজ্ঞ কুম্মৈ য়েঙ্গে হায়না নমু মীয়াম চৎহল্লে। শ্রীহরি মপুরেনসুং পলেম মমা শ্রীদৈবকী অহেনবি যশোদা লৌশিংবী রুক্মিনী সত্যভামা জম্ভবতি সুলক্ষনা তরুকমানচিংনা লৈমা লিশিং তরাতরুকমাবু শাই-রোইনরে। উগ্রসেন, বসুদেব, বলভদ্র অহুম্মাদি দ্বারিকা লৈবাক পুংশাইবা

অসিবু ভারা লৈঙমও হায়না পাউমেল্লগা শ্রীকৃষ্ণ অথোইবদি নমু মীয়াম পুনা চৎখিরে।

য়াংলৌ লমতুপমাবু য়ৌরবদা শম্বুলি হায়না কৌবি হনু ময়াই কাৱবী অমত্তংনা লোইমু থোইগাপাকী ইরোইথক্তা তোংনা চৎচেম্ববু লাঙ্গোই শামু মাঙদা থোক্লবগী অকি পুক্লিং চঙবনা ইরোই শয়াং-থকী মালেম লয়দা তানা ওম্বরে। শামু মতৌ য়েংনা মিপাই লয়মায়-থক্তা ওম্ববা অডুবু চেংলৌ মিৎখিৎলবগা নমু মীয়াম চংলিবা খৈবিক্লা য়ারা থোঞ্জেল ৱাংনা ভাইনোক্লঙৈয়ে হায়দবরা? মতৌ অমুম ওইববু ঈশ্বর মপুরেম্না মিৎয়েং শানখৈরবগ হে শম্বুলি হনু ময়াইকাবী-ও! ভীমসেন অকনবগী শমু নাক্তা থানা তালোয় মরুম মানগুম লোয়ন-চেম-ও। অকি পূকনিং কোকচৈনে হায়না পাউমেনববু নাতারবদা ভীম অকনবনা য়াইবী মন্নুং হৌনা পাউমেল্লকয়ে।

হে হনু ময়াই কাবী-ও! ইনাক শংশংবদা চঙলকফরোই। ভীম ঐদি হরি লাইমরু মরমদদি উনবি পূকনিং য়াংববু নত্তে হায়না মীনে ক থোঞ্জেল পূকমায়না অসূম পাউমেনখিয়ে। য়াংলৌ লমথাং ময়ায়মাবু চনখিরবদ। দ্বারিকা নৈবাক পুংভাইবদা লৈয়ৌবা পুন্নমাদি কৃষ্ণ লাই-মরুবু উদরবগী তরা চাপূক লাম্বা লাইজা ইখৌ লাংবা পুন্নমাবু থোই-জিল্লক্লে। য়োহময়াই তাংদনবা লোইদাম থাজ পাখংবা অনিমাস্নুং নুমিৎ মমায় মক্লে। থবি মমায় তাইরে। য়াউরৌ শা পোনবি উচেক পুন্নমাস্নুং ভর্নাব পূকনিং তপ্না লৈবিদরে। দ্বারিকা খুল্লক কোয়না লৈরিবা খোইমোম লাই খৈবিকস্নুং ফাম্বি মকাইফমু চেস্তরে। তেলি থাউগুম তাল্লিবশিংগীস্নুং ছেকগুম থাউহি থোক্তরে। মালি ইংখোল লেন্দস্নুং শিংলেন মকা ফম্না শাৎপিদনা অৱা মথৈ ফংলৌরবগী শ্রীবসুদেব অথোইবদি অচেন থংলৈ য়াঙনা ইন্দাল্লক্লবগা য়াংলৌ. লম-থাঙমাদা হে ইপারী শরাই ইমিরেন খৈবিককী সনা মৈখাংকোনগুম-ও! নঙনা পম্হৌ নপা শাৎমাবা ঐবুদি লোয়নদনা পলেম নমা দৈবকী অহেনবীবুদি গর্ভ মপুকনুংগী নাউনৌবীনে হায়বগী চীংভু নাক্তা থা-না

লোয়নখিয়ে। পন্থৌ নপা পোকমাবা ঐবু খোজাল লম্মুক্না হুল্লাল-লম্নবা অসিবু ওন্থোকয়ে হায়না পাউমেনববু নাত্তারবদা যদুরাজা মপু রেম্মা পন্থৌ মপা বসুদেব অধোইববু পুকনিং ভক্তি তৌনা পাউখুংগে।

হে পন্থৌ ইপা শাৎমাবা-ও। পুকনিং মুংঙাইতবা নুংনাং খোয়রোৎ চঙববু তৌবিগুনে। ধর্ম্ম যুধিষ্টির নিংথৌরেনগী মহাযজ্ঞ অচৌববু হৌনা ধর্ম্ম পুক্লিং পেলহল্লবগা দ্বারিকা ইরৈবাক্তা য়াঙনা হলরাইরক-কৈঙনে। পন্থৌ নঙদি উগ্রসেন বলভদ্র অনিমাবু ঙাইরোইননা দ্বারিকা লৈবাক মুংঙাইববু ঙাক্না লৈঙমখো-ও হায়না চৌংঙ্ সনা মমাথংবু নাত্‌-রবদা পন্থৌ বসুদেব অহেনবদি উনবি পুকনিং তপ্না দ্বারিকা মুংঙাই-বদা হলরাইরোরে। অসুম মুংশি মরু লুক্না লৈরোব অচুবু থায়না লহাননোং শ্রীরামচন্দ্র লাইয়িংথৌবু খোয়মা নারোনমুংদা থৌশীথোক খিরবগী পন্থৌ মপ দশরথ নিংথৌরেম্মা অরা মথৈ লৈতন। লৈরোবচু-গুম্বু বসুদেব অহেনবদি কোরৌ অচু নোংজা মাগী মথৈবু ঈশ্বর মপারা-গীদমক থরাই মমিরেনবু থাদোকনিংলে। মুংশি কয়ামরুমবু মুংঙোন ঙমথৈ নাইদা প্রেম ইচেম্না ভেংথাইয়ে।

চৌংঙ্ নঙবু ঐনা হপাকপা ইপারৌগুনে হায়না পায়মা থাউনিং থানা খোংম্রল মংলানচান্দা শমু ইখুৎফাংনা কোরৌ নোংমদোনবু তানকংলুবগুম নিঙজবদি পায়মা উনকোহনিং অরেম্বু ওইহল্লে হায়না পিরেম থাকমাদা লাংজা ইংেম্না দ্বারিকা মরৈবাকপু ইন্দানখিরে হায়দবরা? ঈশ্বর মপুরেন্দি নমু মীয়াম পুনা চংখিবগী য়াংলৌ লম-থাংমাবু য়ৌখিরবদা পুখ্রি লাইজা ইয়োককোথ মঙবা অমবু লৈ-ঙময়ে। পুখরি ইয়োক-কোম অচুগী লাইজা ইরিকলাইদে। মনম মুংশি থোইনা উনবি পুকনিং চৌকয়ে। ঙানু চাক্তাবা কাঙা ইফু তৈবনা ঈশিং লৈতেং ওইনা হেননৌরে। লৈরাই চাংজৌথক্তা শিংলেন লৈমুংশি মনম মুংওন পুকনিং হুবা মশেম্বু লৈরাং মশীঙ য়াম্না শাৎয়ে। লৈহাউ মনমচাউ নাগেশ্বর উথাউ নারেং হৌ পামেল কদম্ব মরেং শা নারিকেল য়ুবি নাকনৌ-শীন তলা থোইনা চুম্বা মশেনবু মরেং মাইকাং

জম্বুবতি নিংথিবী আওর সুলক্ষ্যনা মখোয় অসি খৈবিক্তসুং কোনা কোনা পাউমেল-য়ে। লৈমা লেংন তিনবী পূন্নমা নংখোয়সুং কুন্তি দ্রৌপতি অচুম্বী অনিমাবু ভাওজা ইকাইখুম থৌজাল ভক্তি তৌনা চেংলৌ শকউনৌ হায়না দেব বনমালি অথোইবনা য়ায়েন মরেং শীন্না অসুম পাংমেল্লবগা কৃষ্ণ লাইমরু মহাকপু লাকলে হায়বগী য়াথং পাউয়োন মাঙওইননা য়াঙনা শানখঙহল্লুরবদা নমু মীয়াম লোয়নরকপা খৈবিক্তি হস্তিনা মরৈবাক্তা চঙখিরে। ভীমসেন পাঙ্গনবদি চীংঙ্ নাক্তা থম্না লৈরৌরে। ধর্ম্ম নিংথৌরেন্দি য়ায়ম পাউরান্দওবগী তগুপ তরং আসন মকমলেন্দগা হৌগৎলবগা আচার্য্য ধৌম্যাচার্য্য শ্রীধনঞ্জয় নকুল সহদেব বৃষকেতু মেঘবর্ণ মাখোয় অসিশিংনচিংনা কৌরব পাণ্ডব পূখমাসুং কুন্তি গন্ধারী সতি দ্রৌপদি কৌরব থাংভা নিংভোনবীবু থাক্তনা ধর্ম্ম নিংথৌরেন্দি য়া লৌ লমখাংমাদা তরা চেং মচংগা তিল থোইদিং য়াউনা লমওক্রুরবগী দেবহরি অথোইবনসুং ধর্ম্ম নিংথৌরেন-নচিংলিবা ব্রাহ্মণ লাইওইনবা অহুম্মাগা চীংঙ্ সনা মখোঙখাদা লাকপা খৈবিকপু হয়াউ মখৈক্তং উনবি পুক্লিং পেন্না কোনখৎপিরে। য়ায়ম অসুম ওইরিঙৈদা ধর্ম্ম নিংথৌরেন্না পাউমেপ্লেরে।

হে ইবুংঙো জগৎনাথ অথোইব-ও। নঙনা হস্তিনা ইরৈবাক্তা য়াঙনা ইন্দানবিরক্লবগী য়াইক মথোই তোংনা তানকংজরে। তৌয়িগুম দ্বারিকা লৈবাক মুংঙাংবদগী মরুপ কনা ওইবদি লোয়নরকপা? থোই-মোম নঙ্গা লোয়নদা লৈরৌবসুং কনা কনানো হায়না পাউহংজববু লক্ষ্মীপতি মপুরেন্না পাউখুমখিয়ে।

হে নিংথৌ অথোইব ও। যাদব শাগৈ পুয়মাসুং শ্রীদেবকী; যশোদা, রুক্মিনী অহুম্মানচিংলিবী লৈমা লিশিং তরাতরুকমাগা মাখোয় অসি খৈবিকপু ভাইরোক্লরকয়ে। পন্থৌ বসুদেব, উগ্রসেন, বলভদ্র মাখোয় অহুম্মানচিংবা দ্বারিকা ইরৈবাক্তা থম্বগা-নঙাইরে হায়না পাউ-মেনববু নাতায়রবদা ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেন্দি পুকনিং হয়াউ থোইনা ঈশ্বর মপুরেনবু সনা য়োইকোনসুংদবু পুশিনখিয়রবগা সিংহাসন-য়ায়দা লাংনা

কমকমহল্লে। চৈরৈ কিরোই নিঙথিবনচিংনা পোৎলোই মশীঙ-য়াম্বা খৈবিকসুং শুনা কচ্চরে। ঈশ্বর মপুরেনগা ঙাইরোইনরকপা যাদব শাগৈ পুন্নমাসুং য়িমথুং কম্বি শেম্লা য়াইথুংহল্লে।

কুন্তি, গন্ধারী, দ্রৌপদি, সুভদ্রা, কৌরব থাংঙা নিংঙোনবী পুন্নমানা শ্রীদৈবকী যশোদা রুক্মিনী দ্বারিকা সুংঙাইবদগী লাক্লবী পুন্নমাবু নিংথৌ য়োইকোম্নংদা থৌগল মতিক ওকপবু তৌনা সেবা য়োই-থোক্লরে। খৌরম অন্নম তৌনা ফম্ফমহল্লবদা সত্যভামা লৌশিংবীনা দ্রৌপদি অচুম্বীদা পাউমেলয়ে।

হে দ্রৌপদি নিঙথিবী-ও! নঙদি য়োম্নু মুক্তালক্নগী থোইনা, চীংঙু লাইবক কবীদি নঙনে। নুক্তা নদোম্মনা নাথ লাইওইনবা মঙাদংদা য়োইনা থৌগলববু উনবি পুকনিং চোইহন্দে। নঙগী থৌগল নরমচৎপু করম্বনো ওম্হোকয়ে। রুক্মিনী অহেনবীনচিংলিবী লৈমা লিশিং তরাতরুকমা ইখোম্নসুং দেবহরি হায়না কৌবা অমত্তবু য়োইনা থৌগল ঙমজদে। লৈমা ইখোয় খৈবিকপু নমদা হুম্না দ্বারিকা লৈবাক সুংঙাইবদা মচৎথোকখিয়ে। শ্রীমথুরা য়োইকোম্নংদদি উনবি পুকনিং তপ্পা লৈবিদে। নোংথিল অঙানবা অহিং অমম্ববু নাইদনা পুকনিং মহৈনবদা মচৎখিয়ে। থিংলো ওক্লাবা য়াউরো শা থিঙ্গু লেমলৈ ঙাথৌ-য়াং অসিশিঙ্গী মপারীশিঙ্গসুং চীংঙু মঙাইরোইবু ওইনা মশান্নরুইযে! পূক্লিং মরাচাবু মতময়ে। য়োইনা ইখোয়গী থৌগন্না ফাজঙমদে। য়াথং ইখোয়গী ইপাউমেন্না খামজঙমদে।

চেংলৌ মাগী মিৎত্রেং অপানবা অনিমাদো নমু পোংওইবা খৈবিকী চেংলৌ মমিৎ নত্তে। মোমম্নু মুক্তা ওইবিশিঙ্গী থম্মোই মুংশিকমদা মিৎয়েং তেনবাল থারুববু বিষ হূনা তিল্লবা হিদাক য়াইরংচান মঙাকা মাম্নেয়ে। কোলোয় মরাথংসুং তাইবং নমু পোংওইবা খৈবিকী য়াথং মপাউমেনবু নত্তে। মুক্তা নাকোং থোং জাউরেন্দা পাল্লুববু অমৃত হৈথবত্তুগুময়ে। শ্রীপকৃপা মখুংতোন অদুসুং মীওই মখুৎকাংবু নত্তে। ত্রি মথোক্লকপীশিঙ্গী মুক্তা থবাক লেংয়ান্‌লমদা শোক্রুবদি তাঙজা লিলাথি বিষ হূকা য়াঙ্‌বনা

শানা ওংঙময়ে। পূখরি ইরেন ময়াম্নুংদা থম্বাল লৈরম শুনা পারে। শিংলেন লৈরক খায়না কোকিল চেকনিংথৌ চীংশোং লমলৈমা অনি-মানচিংনা পোনবি উচেক পূম্নমানা খোঙ্জেল নুংঙনথোক্লা খোংথৈঙময়ে। খোইম্‌ মনিম্লাইনা চাকথোকয়ে। তলা উমংনুংদা লাঙ্গোই মোইশা-য়া অমোম শায়াম-পাইশিংনা শামু লাবা হকচাউবশিংদা পূকনিং হাজ-থোইনা শামববু উরুরবগী বনমালা ঈশ্বর অথোইবনা রুক্মিনী অহেন-বীনচিংবী লৈমা থম্বাল মানবী পূম্নমাদা পাউমেনখিয়ে।

হে লৈমা নিঙখিবীশিং-ও! চেংলৌ নমিৎ থিংনা য়েংও। পামেল উমংনুং অসিদা পাতৌ ওন্থোকপবু তৌরময়ে। ভৃঙ্গ অমোম খাঙজেংবীনা খোইমু লাবা খাংনৌবদা হাজ মখৈ লৈতনা তোয়নৈয়ে। পোনবি চেকম্নরাশিংনম্নং চেক্লাচা পাখংশিংদা উনবি পূকনিং কৎনা হরাউনৈয়ে। চেংলৌ ঐগী মিৎয়েং শোয়বনা তৌশীক্লরিগবরা? থংলেন মরাপান মহাকপ্‌ নমদা হুন্না মীথং রাম্নুংঙন অমদা থংলেন মরা শানা তোয়নববু চেংলৌ ইমিৎ থিংনা উরুইয়ে। মোম্নু নুজা ওইবীগী হৌন মরমচৎ অসিবু ওন্থোকয়ে লৌশিং ওইওইনবা মশেননে। পায়মা পূকনিং চুমদে উনবি থাইনা য়াংয়ে। চেংলৌ খোয়না য়েংয়ে। মোমন্নু নুজা লূপ্প সত্তি রাচুম শূবীনে হায়না পাউমেল্লিবা অতুশিংবু রারম নত্তবা লৈরাং অতিংঙা মশেন্নে হায়না পাউমেনববু নাতারবদা রুক্মিনী অহেনবীনা মচিন মোমোন নোক্লা পাউথুময়ে।

হে নন্দ যঙ্গোম শুস্বা মপারী-ও! য়াখং মীনম্বা কোলোয় শরীবনা করিগী পাউমেল্লিবনে? তনবা নিপা ওইবগী লমচং মহৌশাবুদি নমদা হুন য়াথং মরৈ লৌনা পাউমেল্লিবা অসিবু করিগীনো? তনবা নিপা ওইবশিগী হৌন মরমচংতি মরুম নুংচনবীশিংব নমদা হুন্না তালোয় মরুপ্পিশিংবু উনবি পূকনিং চঙনা পামহৈয়ে হায়না পাউমেন-ববু দেবকরি অথোইবনা নাতারবগী পূকনিং হরাউথোই মোমোন চিন্নাই নোক্লা চংখিরকগা গোকুল লৈবাক নুংঙাইববু তানফংলুরে।

কৃষ্ণ লাইমরুবু লাকয়ে হায়ববু নাত্তারবগী ব্রজ লৈবাক মুংঙাইবদা লৈঙবা গোপ গোপী পুম্নামা গোকুল থাংঙা নিংঙোনবী খৈবিকনা কৃষ্ণ সনা মখোঙ থাদা মশক পূর্ণ চঙখোনববু চেংলো শংন-য়েং প্রেম ইচেমনা য়োইনা থোগঞ্জরোয়ে। মাধব শ্রীকৃষ্ণ অথোইবসুং গোপ গোপী পুম্নমাবু খোজাল শীনবা থুংনা য়েংবিরম্নবগা কালিন্দি লয়রাই চাংজো ইম্না চৎখিরে। অসুম মাধব শ্রীকৃষ্ণ অথোইবনা দ্বারিকা সনা মরৈবাক্কগী কোরৌ মুমিৎ কয়ামরুম্বু কুইনা হাস্তনা মপূংয়াইবু ইন্দান-লকঙৈদা য়াংলো লমখাঙমাগী কৃষ্ণ খেলা মপাউ-তোয় খোইমোম লিলা মশান-ওন অয়াম্বা ব্রজ চনুরা গোপী লেংনা তিনবীশিংগী হরাউ মুংঙাই মুংশি মুংবং লিয়েৎননা মুংওন পাউমেন্নরম্বদে। য়াথং মশীঙ লাক্লা কনানা হায়ঙমলুশিবনো? রাহৈ মরেং শুদে হায়না লঙজ রারোবিগুনো।

শ্রীকৃষ্ণ অথোইবনা হস্তিনাপুর মুংঙাইবগী লেবাক খুঞ্জিল য়িম-খৈত্তোনবু তানফংলুরবদা মরুপ মাগা লম্লোইনরিবা প্রদ্যুম্ন লোশিং-বদা পাউমেনখিয়ে।

হে প্রদ্যুম্ন! লোশিং রাখল য়াংব-ও! হস্তিনা লৈবাক চঙনা ধর্ম্ম নিংথৌরেনগী মনাক শংশংববু য়োরবদা পূকনিং নাপল রাংবা ন্যায় লৌকন-চাউবা পুম্নমাখু তৌগুনো। ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেন অত্রবু চীংঙু ইহক শংশংবা মহাকনে হায়ন, পূকনিং থাঙ্গেশেংনা শানথঙ-ও। মতম লৈবা খৈবিক্তা শংলৌ নখোয়গী নখৌরাংনা উনবি পূকনিং পেম্না হরাউহল্লো! ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির কৌবা অসিবু য়াঙরো শানিংথৌ নোংশা থাংনৌবগী বৃহস্পতি কোরৌ মুমিৎ শগোলসেনগা অনিমাগী পান্দম মহকশাংগুম্বনে। তুখুন ইরিক্লাই খৈবিক্তা লাইজা গঙ্গা ইরেনপূংগা মামদবহুগুম্বনে। তনবা নিপালুপ পুম্নমারক্কগী অথোই-বনে। রারম অসিগীদমকপু চেংলো মশক উরুবা মহাক্তা পূক্লিং ভক্তি তৌনা পুরুমও হায়না অসুম পাউমেন্নরবদা রুক্মিনী অহেনবাগী মরুপ লেংনা তিনবী মাঙ্গোল শংদেং ভানবী সত্যভামা অহেনবী

নোংশাপানগী তনবা নিপালুপ মোমন্ন মুজা ওইবী অসিদিংগী পাম্নমা উনকোইনিঙবু শুক্লাংলে। লৈমা ইখোয় খিবিক্লা পুকনিং থৌখাম ঙমদনা দ্রৌপদি অহেনবী নংঙোল্লোমদা কম্না কম্না মচৎখিববু উনবি মনিং মতমমে। পলের পিমাচাগুম ইবুং ইতু ঙাই কায়না ননাক শংশ'বদা তাঙজা ইকাই লৈতনা মথমমে হায়না পাউমেনবা সত্যভামা ময়াথংবু অদূম নাত্তারবদ। যজ্ঞংশণী অচুম্বীনা পাউখুমমে।

হে সত্যভাম'। চীংঙু লাইবক কবি। গুবাই মপুরেনগী প্রিয়া চাম্নথোইবী নঙনা দ্রৌপদি অচুম্বী ঐবু য়াথং মীনোক চম্না করিগী পাউমেল্লবনো? দেবহরি অথোইববু সেবা নথৌখম্না ঙমজদবগী উনবি মনিংতম্না চৎকল্লবগা বারম অমকপা য়াথং নত্তবনা পাউমেল্লিবা অসিদো তাঙজা ইকাই লৈতবি কায়দ্রবম নঙনে। ঈশ্বর মপুরেম্না তরম মনাই ওইবী ঐখোয়দা লাকপদি থৌরম অচিনবা অত্রা মথৈ লৈতবা খিবিক্তা থরাই ঐখোয়গী ইমিরেনবু লানবিরেমে। মতম অত্তুইঙদা দুর্য্যোধন য়াথং মপাউমেম্দগী দুশাসন অকনবনা মুজা ঐবু ঋতু কিশেংদরি কায়ববু খঙবিদনা তাঙজা ইশয়াক চৈরৈ ইকি'থোক্লা সভা মীয়াম-মাঙদা ইকাই মীমাঙ শেম্না লারুঙৈ চীংঙু গোবিন্দ অথোইবগী থৌজাল মরনকুনা চৈরৈ কিগী মশক ওইনা ঙাকপিরোয়ে। থৌজাল ইরেনপুংশুম্বনা চেংলো মশক ওইনবা শিরমনি য়াইমরুগুম্না অচুবু থৌরম তুঙানবগুম পাউমেল্লিবা অসিদা বারম থোইনা চেৎপবু শানখঙদবী হায়বদি নঙ মওইরে হায়না পাউমেনববু নাত্তারবদা সত্যভামা অহেন-বীদো তাঙজা ইকাইরবগীদমক কোলোয় করি হায়দনা য়াথং ভুমিন লৈখিরে। বারম অম্নম পাউমেম্নরিঙৈ য়োইময়াই লাইরেন তাউদন-বদি মুমিৎ ময়িম চঙখিরবদা শ্রীদেবকী অহেনবীনা তরা চাগাথোং মথেল য়েনলম শেম্না কৃষ্ণচন্দ্র অথোইববু তরা লুক্তং হাবল্লবগা মাল্য চন্দন-থিন হয়রাং থুমথোইবা পাম্না কাপুম্মবু লেম্না চীংঙু সনা চিনশেং লোইরবগা মকম মুংঙাইবদা উনবি মরাং কায়না য়াতাখিরে হায়দবরা? চীক্লু বত্রুগুমমে। হরি লাইমরু অসিগী মনম রস অথুম্বা অত্তুনা তাইবং

জয় মুনিরেন অথোইবনা পাউমেলয়ে। হে জন্মেজয় নিংথৌ-রেল ও। ঈশ্বর মপুরেন্না হস্তিনা লৈবাক শুংঙাইবদা লাকপগী বারম অয়াম্বর য়াথং পরেং শূপ্না থিজিক্তা বাহমথিরবনে। থৌরম অসুম ওইববু উনবি পূকনিং তপ্না নাভাজরবশিংদো পাপ অরাম্বা থৈবিকপু কোক্না অক মহয় অথোইববু ভানফংয়ে। সন্তিবরসেন কৌবগী মপারী গঙ্গাদাস লৌশিংবনা বারী মরেং থিনা লেংলম-শৈনে। হে ভাইবং নমু পোংওইবশিং-ও। নচিন শ্রীহরি হরি শেংমা নাভাবিয়ো। পাপচু অরাবা পূন্নমাবু কোকঙৈনে॥

মথং অনিশুবা শরুক্তা